# শ্রীগোবিন্দলীলামৃতরস

( মৈতৈলোনগী পদ্য অনুবাদ লোয়নবা )

---

শ্রীগৌরাচান্দ সিংহ

---

লাইরিক ফংকম :— তলিহন ডাকঘর ( দোকান ), চঙাংশৈ, মণিপুর।

শ্রীশ্রীগুরুগৌরাঙ্গৌ জয়তঃ

# শ্রীগোবিন্দলীলামৃত রস

---

( অহানবা শরুক )

শ্রীযত্নুনন্দন ঠাকুরগী বাঙ্গলা পদগা লোইননা মৈতৈলোনগী পদ ছন্দদা হন্দোকচবা অমসুং ফোংজবা।

শ্রীযুম্নাম গৌরাচান্দ সিংহ
চঙাংগৈ, মণিপুর।

১ম সংস্করণ—কপি ১০০০
শকাব্দ :—১৮৯০
ফাল্গুন

প্রেস—চুড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কস, ইম্ফাল।



[ মমল—লুপা ১২.০০

# ভূমিকা।

শ্রীগোবিন্দলীলামৃত অসি রাধাকৃষ্ণ অনিনা অহিংগী মৈমে পুং ৩ মিনিট ৩৬ তগী অমুক অহিংগী পুং ৩ মিনিট ৩৬ য়ৌবা অহিং মুংথিল ( নোংম ) গী মমুংদা মতম নিপালদা ৮ুমিৎ খুদিংগী তত্তুনা শান্নবা নিত্য লীলানি। কোংনা শান্নবা ( প্রকট ) লীলা অসি কোংদনা শান্নবা ( অপ্রকট ) লীলাবু নিয়ম কায়দনা শান্নবনা কৃষ্ণভক্তিগী মরমদা থবদ উদব য়াত্রবা ঈ রাধাগোবিন্দ অনিমকী লীলানি।

## চাওরাকপা অষ্টকাল মতম নিপাল।

অহিংগী মৈমে পুং ৩ মিনিট ৫৬ তগী নোংমলবা পুং ৬ কাওবা নিশান্ত ( অহিং মতোংমোম্বা ), পুং ৮ মিনিট ২৪ প্রাতঃ ( অয়ুক ), পুং ১০ মিনিট ৪৮ পূর্ব্বাহ্ন ( মুংথিল চাকচমাং ), পুং ৩ মিনিট ৩৬ মধ্যাহ্ন ( মুংথিল ), পুং ৬ অপরাহ্ন ( নুমিদাংরাই ), পুং ৮ মিনিট ২৪ সায়ং ( য়াচংবা ), পুং ১০ মিনিট ৪৮ প্রদোষ ( নুমিদাং ), পুং ৩ মিনিট ৫৬ নক্ত ( অহিং )।

ভক্তি হায়না রাহৈ অসি সেবা হায়বা অর্থনি। ধূপ দীপ নৈবেদ্যনচিংবা উপচার অমস্তুং লৈচন্দনচিংবা কৎপা অহুত্তনা ভক্তি অমস্তুং সেবা কৌবা নত্তে। থংনিংবা, পাম্নিবা, থংলিবা, চুংশিন্নিবা মহাকীদমক্তি হায়না চৎলিবা সেবা ওাক্তনি।

শ্রীকৃষ্ণগী লীলা থংবনা কান্নবা, স্মৃতিদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রি,—

জন্ম কর্ম্ম চ মে দিব্যং যো বেত্তি তত্ত্বতঃ। ত্যক্ত্বা দেহং পুনর্জন্ম নৈতি মামেতি সোঽর্জ্জুন॥

হে অর্জ্জুন। কৃষ্ণ ঐগী ইপোক, ঐগী লীলাবু মী অহুনা তশেংনা থংলব দ শিরগা অমুকহন্না পোক্তনা অরাবা কংদে, ঐবু মহাক্লা কংই, হায়রি।

লীলা অসিগী তাৎপর্য্যদি কবিরাজ গোস্বামীনা শ্রীগোবিন্দলীলামৃত কৌরম্বা মমিং অসিনা খুদম ওইনা থংবা য়াই, "গো ব্রজবাসীজনান্ পালনাদ্গোচারণাদ্বা গোবিন্দ"— ব্রজবাসী পুম্নমকপু ওাকপিবদগী শল শেলবদগী গোবিন্দ কৌই অমস্তুং "গো শব্দরাশীং য বেত্তি স গোবিন্দ"— জীব পুম্নমকী থোস্তোকী মপৈ থংজিবদো গোবিন্দ কৌই। শ্রীকৃষ্ণদি স্বয়ং ভগবান ওইবা, মান্নবা হেনবা লৈত্রবা. মীগী মশক লৌদনা শান্নপে হায়বগী পোকই, হায়না মমিং থোলহনবা মহুংদা থুপত্রে, মপালদা গোলোক গমন, স্বর্গারোহন মমিং থোনজিনবা মাংবা লৈতবা স্বয়ংনি।

এতে চাংশকলাঃ পুংসঃ কৃষ্ণস্তু ভগবান স্বয়ং। ইতি—

( শ্রীমদ্ভাগবত ১।৩।২৮ )

অবতার হায়রিবা পুম্নমকসি মহাবিষ্ণুগী অংশ কলা ওাক্তনি, শ্রীকৃষ্ণদি স্বয়ং ভগবাননি। অর্থাৎ ভগবানগী অবতার হায়হুনা পোক্লিবা মপোকশিং অসি ঐখোইনা লৈরিবা ব্রহ্মাণ্ড অসিগুম্বা মরামনা মাক্তোক্তা কোক্তোনগুমা মশিং নাইচনা ত্তাওরিবা পরব্যোম বৈকুণ্ঠবু থাদনাংবুমা কোইশিন্দুনা লৈরিবা পাকপা চাওবগী মমথৈ লৈতবা, বিরজাদা চেক্লিবা পরব্যোমনাথ নারায়ণগী অংশ ওইবা মহাবিষ্ণু তহুগী

অংশ ( থাইরকপা মশক ), কলা ( মথং অমুক থাইরকপা ) মশক্নি। শ্রীকৃষ্ণদি হায়রিবা পুরুষক অসি পুথোকখিবা পুরুষকী চংকম তিনকম ওইবা, মথক্তা অমা লৈত্রবা অয়ংনি।

ব্রহ্ম সংহিতাদা হায়রি,—

ঈশ্বরঃ পরমঃ কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দবিগ্রহঃ। অনাদিরাদি গোবিন্দঃ সর্ব্বকারণকারণম্ ॥

শ্রীকৃষ্ণদি পরমেশ্বরনি "সত্তো নিত্যো চিদানন্দো জ্ঞানসুখো যস্তেতি সচ্চিদানন্দ"—অথংবনে, হুত্তাইবনে অনিনা অরেপ্পা মূর্ত্তি ওইবা সচ্চিদানন্দ বিগ্রহনি, পিতা মাতা লৈবা নত্তো ওইবা অংৎবদি পুরুষকী আদি কারণ থোরকম ওইবা কারণগী কারণ ওইব। শক্তি পুরুষক্তা তিনবা মহাক্কী অংশনা পরমাত্মা ওইবা শক্তিনা জীব ওইরিব। ইন্দ্রিয়গী মপু ওইরিবা গোবিন্দনি।

ভগবদ্গীতাদা হায়রি,—

অপরেয়মিতস্ত্বন্যাং প্রকৃতিং বিদ্ধি মে পরাং। জীব ভূতাং মহাবাহো যয়েদং ধার্য্যতে জগৎ ॥

হে অর্জ্জুন! মৈ, ইশিং, নুংশিৎ, পৃথিবী, আকাশ, মন, বুদ্ধি, অহঙ্কার নিপাল অসি হন্থবা ঐগী শক্তিনি। মাসিদগী তোঙানবা অথোইবা জীব ওইরিবা ঐগী শক্তি অসিনু নংনা থংউ, মহাক্না জগৎ অসি পুরি।

শ্রুতিনা হায়রিবা জীবগী মশক,—

কেশাগ্র শতভাগস্য শতাংশসদৃশাত্মকঃ। জীব সূক্ষ্মস্বরূপোঽয়ং সখ্যাতীতোহি চিৎ কনঃ ॥

শমদোন অমনা শরুক লিশিংতরা থোকপা শরুক্তা মাররা মত্তো ওইবা জীব অসে রাম্না কুপ্না ( পিকপা ) মশক্নি, মশিং ব্রাংম লাপ্তোকপা ( মশিং নাইত্রবা ) জ্ঞানশক্তিগী মরিক অমনি; অর্থাৎ—পিক্লবা জ্ঞানশক্তিগী মশক ওইবা জীবনি।

শান্তিগীতাদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রি,— বুদ্ধ্যবছিন্ন চৈতন্য জীবলক্ষ্যং।

বুদ্ধিনা পত্থুপকম ওইনা লৈরিবা চৈতন্য জ্ঞান অদু জীবগী মশক্নি, অর্জ্জুনদা হায়রি। জীবনু প্রাণ হায়নসু থংনৈ। পঞ্চপ্রাণ হায়রবদি জীব নত্রে - প্রাণ অপাংরচিংবা নুংশিৎ মত্তা হায়রে।

কঠোপনিষদনা হায়রি,—

অনোরনীয়ান্ মহতো মহীয়ান্ আত্মাস্য জন্তো নিহিতো গুহায়াং।
আসীনো দূরং ব্রজতি শয়ান যাতি সর্ব্বতঃ ॥

কুপ্পদগী কুপ্পবা চাওবদগী চাওরবা আত্মা জীব অদুনা জীব পানবা পুরুষকী হৃদি গুহাদা চংদনা লৈ, কপ্পিবা অদুনা অরাপ্পদা চৎলি, তুম্লিবদুনা পুরুষক্তা কোইনা চৎলি।

ঐতরেয়োপনিষৎকী অধ্যায় ২। ১ দা—

পুরুষেহবা অয়মাদিতোগর্ভো ভবতি যদেতদ্রেতঃ।
সোঽস্যায়মাত্মা পুণ্যেভ্যঃ কর্ম্মেভ্যঃ প্রতিধীয়তে ॥

জীব অসি পুরুষদা লৈবা চিন্নাক্তগী পোকপা অদুম অদুম ওইবা বীর্য্য অসিনা অহানবদা গর্ভ

ওই। পিতা অহুনা মহাক্তী মশা মচা অসি পুণ্য ওইবা কর্ম খিবিক তৌরকবগী দমক মহৎ থন্নমনি। উপনিষদকী বেদ প্রমাণ অসিনা হৌজিক জীব পানবব্ হায়রে, পুন্নমক্তা জীব হায়না খংনরি।

শান্তিগীতাদা হায়বা ব্রহ্ম পরমাত্মাগী মশক,—

অঙ্গুষ্ঠমাত্রে পুরুষো হৃৎপদ্মে ব্যবস্থিতঃ। তমাত্ম নক বেত্তারং বিদ্ধি বুদ্ধ্যা সুসূক্ষ্ময়া॥

খুবি মরুম চাওবা পুরুষ পরমাত্ম অহুনা হৃদিপদ্মদা লৈ, খংগদবা পরমাত্মা অহুবুহ য়াম্না কুম্নবা বুদ্ধিনা অর্জ্জুন নংনা খংউ।

শ্রীকৃষ্ণনা তাক্লিবা অসি শ্রুতিনসু হায়রি,—

অঙ্গুষ্ঠমাত্রে পুরুষো মধ্য আত্মনি তিষ্ঠতি।

খুবি মরুম চাওবা পরমাত্মানা হকচাংগী মনুংদা লৈ।

কঠোপনিষৎ— অঙ্গুষ্ঠমাত্রে পুরুষোঽন্তরাত্মা সদা জনানাং হৃদয়ে সন্নিবিষ্টঃ।

মনুং নেবা পরমাত্মা ব্রহ্ম অহুনা খুবি মরুম চাওন মী পুন্নমকী হৃদিদা চংদনা লৈ।

ঐতরেয়োপনিষৎনা হায়বা চংথিবা মফম,—

স এতমেব সীমানং বিদার্য্যৈ তয়া দ্বারা প্রাপদ্যত ইতি।

পরমাত্মা ব্রহ্ম অহুনা লরাই অসিবু নমথাইদুনা থোং অসিনা মরম ওইদুনা চংশিন্নি। শব্দোকপা য়ারোল— পরমেশ্বর পরমাত্মানা পঞ্চভূতকী হকচাং অসি শেমই, ইন্দ্রিগী দেবতা মৈনচিংব হাপ্নে, জীব কৌব শক্তি হাপ্নে। মূর্ত্তি অসি করি অমত্ত' ওমদে, ঐ চংদবা য়াদে হায়দনা লরাই নমথাইদুনা মংশ অমা চংশিন্নি। জীবদগী হেল্লি হায়দনা পরমাত্মা কৌই, চাওবদগী ব্রহ্ম কৌই, কনাগুম্বনা গুরু হায়নসু কৌই। থোং অসি নমথাইবনি হায়দুনা বিদৃতি কৌই। ব্রহ্মগী লম্বিনি হায়দুনা ব্রহ্মরন্ধ্রসু কৌই। পরমাত্মানা হৃদিগী পদ্মমন্দিরদা লৈ। উপনিষৎনা জীবদি নাত্তোন মত্তোন্দা, হৃদিদা থোইদোৎদা মফম অহমদা লৈ হায়রি। ভুমজ্রিত্তৈদা নাত্তোন মত্তোন্দা য়েংকৌ মিংলুদা, তুমথরকপা মংগী মতমদা হৃদিদা লৈ, সুষুপ্তি অবস্থা নিংথীনা তুমখ্রবদি ইন্দ্রিগী বৃত্তি পুন্নমকা অহঙ্কারগা লোইননা মরদা লৈথরে।

জীবদি তুম তুমদবা হাইবা লৈতনা পুন্নমক ওয়া থংই হায়বহ উপনিষৎনচিংবা মফম কয়াদা হায়রি।

কঠোপনিষদ্,—

স্বপ্নান্তং জাগরিতান্তং চোভৌ যেনানুপশ্যতি।

মহান্তং বিভুমাত্মানং মত্বাধীরো ন শোচতি॥

তুম্নিত্তৈগী মনুংদা, তুমজ্রিত্তৈগী মনুংদসু অনিমকপু মহাক্না ওত্তনা উরিবা মতিক অচৌবা পুন্নমক্তা শিনবা খুংজিবা অত্মাবু খংবনা পণ্ডিতনা অরাবা লৈত্তে। তুম্নিত্তৈদা রাবা মুংওাইবা খংবা আত্মাহুনা তুমহু হৌরগা হায়রি "সুখাহমস্বাপসাং কিঞ্চিদোঽহবিদ্বীবম্"— ঐ মুংওাইনা তুমখ্রে, করিগুম্বা অমা খংব নিংব লৈখিদ্রে. মাসিনা দৃষ্টান্তনি।

শ্রীমদ্ভাগবততা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রি ( ১১ । ১৩ । ২৬ ),—

জাগ্রৎস্বপ্নসুষুপ্তঞ্চ গুণতো বুদ্ধিবৃত্তয়ঃ।

তাসাং বিলক্ষণ জীব সাক্ষীত্বেন বিনিশ্চিতঃ॥

তুমদবা, মং মংবা তুম্বম্ম সত্ব রজ তমগুণদগী ওইবা বুদ্ধিগী মচৎনি। পুম্নমক অসিগী মরক্তা তোঙ'নবা জীবদি অথংব মতৌনা অরেপ্পনি। জীব পরমাত্মা অনিমক শ্রীকৃষ্ণগী শক্তি অমম্মং অংশনি। জীবনা চিৎকী শরুক্তি, পরমাত্মানা আনন্দদগী থাইরবপনি। শ্রুতিনা হায়,—খল্বিমানি ভূতানি জাতানি আনন্দোদ্ভবানি, পোক্লিবা জীব পুম্নমক অসি লেপ্পমক মুংঙাইবা মশক্তগী পোক্লকপনি।

মুণ্ডকোপনিষৎ অধ্যায় ৩। ১ শ্বেতাশ্বতর অধ্যায় ৪। ৬,—

দ্বা সুপর্ণা সযুজা সখায়া সমানং বৃক্ষং পরিষস্বজাতে।

তয়োরন্যঃ পিপ্পলং স্বাদ্বত্ত্য নশ্নন্যো অভিচকাশীতি॥

উপাল অমদা উচেক অনি মরুপ ওইনা তিন্নদনা চপ মান্নবা লোই। অনিগী মরক্তা অমদি কর্ম্মগী মহৈ চাই, অমনা ইচা চাদনা ঙাল্লি।

শ্রুতিনা হায়রি,— দ্বাবজা বীশানীশৌ অন্যে পিপ্পলং ভুঙক্তেহন্যে ন ভুঙক্তে।

পরমাত্মা জীবাত্মা অনি অসি পোক্তে, অর্থাৎ পোকপদি হকচাংনি। অমনা কর্ম্মগী ফল চাই, অমনা চাদে। পরমাত্মাদি শ্রীকৃষ্ণগী অংশনি, পাপ পুণ্য হায়বা লৈতে। শিরগা দেহ অসি থাদোকলম্নগা শ্রীকৃষ্ণদা হস্তিল্লি— হেক্ মমু দা লৈবা আকাশনা চফু কায়রগা মহাকাশদা তিনবগুম্বনি। কর্ম্ম ফল চাবা মায়াগী মথাপোনবা জাবদি কর্ম্ম করণা মুংঙাইবা ফংই, পুণ্য তৌরগা স্বর্গ কাই, পাপ তৌরগা নরক তাই। হৈগা তিন্নগা শিক্ষা হনবা অমম্মং ফম্নলবা শঙ্গামনা অনৌবা ওনবা য়াদবগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ ফংবা রাই। মরম অসিনা সাধনা ভক্তিনা শেংলব দেহ অচুনা চিন্ময় মস তান্দুনা প্রেমসেবানা শ্রীকৃষ্ণ ফংগদবা ওই। চিৎ শক্তিগা আনন্দগা খেন্নবা মাসিদা থংনরে। শ্রুতিনা "আনন্দব্রহ্ম" হায়বা অসিনা সিদ্ধান্তনি।

মপোক মথল মরিদা পোক্লিবা অংেপা চংতব জীব পুম্নমক মশা মশানা তৌরবা কর্ম্মগী ফলবা ফংবা ঙাক্তনি।

অম্নম ওইবা পরমাত্মা জীবত্মা অনিবু বিম্ব প্রতি বিম্ব ওইনা পরব্রহ্ম অপর ব্রহ্ম হায়না চৎলিবা অদ্বৈত বাদীশিংনা ব্রহ্মদি নিরাকারনি মূর্ত্তি পন্দে, হায়রিবা অতগী প্রধান সার্ব্ব ভৌম পণ্ডিতকী মকমদা জগৎগুরু শ্রীচৈতন্য প্রভুনা চুমথোকতুনা তাকপিপ্রে, কৃপা ফংলব মতমদা লাপ্লে হায়বা থংলহুনা মতুংদা ভক্তি চৎখি। "যস্য কান্ত্যা ভবেৎ ব্রহ্মযনশ দেবাঃ পবিত্রয়ন্তিছঃ" মহাকী মঙালনা নিরাকার ব্রহ্ম ওই মহাকী অংশ ওইনা লাইনা পৃথিবীবু শোংবিরি, অর্থাৎ শ্রীকৃষ্ণদি সাকার ব্রহ্ম মূর্ত্তি পানবা ব্রহ্মনি।

জীবদি শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি, পদ্মপুরাণদা হায়রি,—

দাস ভূতো হরেব নান্যস্যৈব কদাচন।

হরিগী মনাই ওইবা জীবনি, করিগুম্বা অতোপ্পা অমগী মনাই ওইদে।

কঠোপনিষৎ— সাম্যে সত্যপি জীবানাং তারতম্যঞ্চ সাধনাৎ।

জীব খিখিকী মশক্তি মায়রগা অরাং অখোই নাইরিবা অসিগী মশানা তৌজরকপা সাধনা ভক্তিং কনীনি। অর্থাৎ—ব্রহ্মাদগী নাপী কাওবা জীবনি, মশক মায়ত্রিবা অসি মশা মশানা তৌজরকপা ধর্ম্ম পাপ পুণ্যনা তোঙানবনি। শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ওইবা জীবগী প্রমাণ শ্রুতিনসু হায়রি।

শ্রুতিনা হায়রি— হংকারো নির্গমনে প্রোক্তঃ সকারশ্চ প্রবেশনম্।
হংসেতি পরম মন্ত্রো জীব জপতি সর্ব্বদা॥

শোর হোন্দোকপদা "হং" হায়বা ময়েক অসিবু শোল্লি, চিংশিল্লকপদা "স" ময়েক অসিবু চিংশিল্লি। "হংস" কৌবা অজপা মন্ত্র অসি জীবনা তুম্লিঙৈদসু তুমত্রবসু মতম পুম্নমক্তা শোল্লি।

উদাহরণশিং অসিনা জীবগী সম্বন্ধ মরি লৈনবা শ্রীকৃষ্ণনি, মহাকী ভক্তিনা অভিধেয়— জীবনা তৌকম থোকপনি। মীওইবগী রাথম্না সংসারগী ম'য়াগী ইচেলদা তাওদনা লুপ্পনা লুংঙাইনরিবা ঐগী মত্তবদা ঐগী ওইনা খলহল্লিবা অজ্ঞান অসি ল'স্থোকপা ওয় অহুবু জীবন্মুক্ত (হিংনা লানবা কৌই। জীবন্মুক্ত পুরুষ অহুতনা শ্রীকৃষ্ণদা নিষ্ঠা ওইবা ভক্তি চৎপ ঙমই। মাহুদগী ফংবা প্রয়োজন— কায়বদি প্রেম ফংবা সেবা অহুনা মতম লেন্দুনা শিরগা প্রেমসেবা সিদ্ধ ফংবা ওই।

প্রমাণ শ্রুতিদা— যাদৃশী ভাবনা যস্য সিদ্ধির্ভবতি তাদৃশী।

মী অহুগী নিংলিবা ভাবনা অহুমক কুম্না সিদ্ধি ফংই। অথাৎ—শরারেম্নচিংব লাই নিংলে নিংলিবহু ফংই, পিতৃলোক নিংলে ফংই নিংলি নিংলিবহু ফংই শ্রীভগবদগীতাদসু হাইব্রে, জগৎ গুরু শ্রীচৈতন্যপ্রভুনা শ্রীসনাতন গোস্বামীদা জীবদি শ্রীকৃষ্ণগী নিত্য দাসনি, অসুম্না চৎপা হৌনৈ হায়ব পুম্নমক তাকপিখরে।

শ্রীকৃষ্ণগী লীলামৃতনি, হায়হুনা লাইরিক অসিগী মমিং শ্রীগোবিন্দ লীলামৃত কৌরমই। অসিগুম্বা ব্রজ-ভাব অষ্টকালগী লীলা অসি শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী অবতার মথক্তা কোংদোকপা অমসুং চৎপা য়াওরম্বদি য়াই, মাহু থেংনদে, শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুনা শ্রীনবদ্বীপ্তা ব্রজভাব অষ্ট কালগী লীলা শায়বদগী অয়াম্ব থংনখি, অমসুং শ্রীরূপ গোস্বামীনা কৃপা পীহুনা শ্রীব্রজমণ্ডলদা স্মরন মঙ্গল কৌবা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী অষ্টকালগী লীলা সূত্রশ্লোক ১১ লেংথোক্তনা ব্রজবাসী পুম্নমক্‌ চৎনখি।

তুংদা শ্রীব্রজমণ্ডলদা কস্তুরী মঞ্জরী কৌহুনা যুগলসেবা তৌরম্বা শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামীনা শ্রীরূপ গোস্বামীগী স্মরণমঙ্গলদগী অষ্টকালগী লীলা অসি পুথোক্তুনা সংস্কৃত দেবভাষাদা লেংথোক্লপা মিং শ্রীগোবিন্দ লীলামৃত হায়না থোম্নমই।

মথংদা শ্রীযদুনন্দন ঠাকুরনা সংস্কৃত শ্লোক থুদিংমকী মথংশীৎপ। অনুবাদ তৌদনা বাঙ্গলা লোনগী পয়ার ছন্দ পান্দুনা অথুম্বা য়সবু কোংলমই, লাইরিক পুম্নমক অসি মাগী মাগী দেশ ভাষাদা লৈনমবা হোংনবসি মী পুম্নমক্তী খোয়াপনি, পা'অবা হোৎখা ঐনা ঐগী খঙ্গ ইহুঙ্গী মুপানী ওভিক্তং হংদোহোব শ্রীগোবিন্দ লীলা-

মৃতগী অথ মৈতৈলোন্দা লৈবা পামজদনা ইথোকচবদা লাইরিক অসি ইতিহাস ওইবা নত্তে. মুল য়াওহন্নু হায়না পণ্ডিতশিংনা ভাকপিদনা মুল য়াওনা মৈতৈলোনগী পদ্য অনুবাদ ইথোকচবনি ।

তোইঙুম্বসুং মাসিনা মচুম্ন হায়জবা নত্তে, বৈষ্ণব সেবা পামজদনা ইজবতনি । মসুং অসিদা ভ্রম প্রমাদগী দোষনচিংবা কয়া য়াওরমগনি । ছাপা কম্পোজ দা ময়েক মথক মখা ওন্নখিবা চিংথনচিংবা অমসুং মেচিন্দা ময়েক চৈতপ তেকখিবা চুমথোক্কনা পাবিরবা, পাঠক ওইববা খিবিক্লা, মাহুদা এবী লাইবক কবা ওইজগনি ।

ভক্তাধীন

শ্রীগৌরাচান্দ সিংহ

১৪ । ২ । ৬৯ ইং ।

# হিরম-লামাই

# ভ্রম সংশোধন

## বাঙলা

| অরানবা | চুমথোকপা | লামাইঅঙ্ক | শ্লোক অঙ্ক |
|---|---|---|---|
| ভেন | কেন | ৩১ | ৩ |
| রপ্ন | রত্ন | ৪৯ | ১৫ |
| অমৃ ত | অমৃত | ৪৯ | ১৪ |
| বৃক্ষয় | বৃক্ষের | ৫১ | ২১ |
| ঘেবাসী | ঘোষবাসী | ৫১ | ২১ |
| লড্ড কাদি | লড্ডু কাদি | ৫২ | ২৭ |
| আচরিরা | আচরিয়া | ৬৫ | ৭ |
| কৃষ্কের | কৃষ্ণের | ৮১ | ৩৪ |
| ব্রজ্যনি | ব্রজমণি | ৮৭ | ৭৮ |
| 'নর্ম্মগুনি | নির্ম্মছনি | ৮৭ | ৭৯ |
| বনের | মনের | ৮৮ | |
| কয়হ | করহ | ৯০ | ৯১ |
| বিরিয়া | বিস্ফারিয়া | ১৪৬ | ১১ |
| নিজ্জ | নির্জ্জন | ১৫৪ | ৫৫ |
| কলিপন্ত | কম্পিত | ১৫৮ | ৭৯ |
| ধন্য | অন্য | ১৫৮ | ৮০ |
| থঞ্জনে | অঞ্জনে | ১৯৩ | ৪১ |
| করিব | করিলেন | ১৯৯ | ৭৪ |

## মৈতৈলোন

| অরানবা | চুমথোকপা | লামাইঅঙ্ক | শ্লোক অঙ্ক |
|---|---|---|---|
| রাধানা | রাজনা | ২৬ | ৬৯ |
| মায়ইদা | ময়াইদা | ৪০ | ৮২ |
| নৈরুগা | হৈরুগা | ৪৫ | ৯৬ |
| মহাস্থপী | মচাস্থপী | ৪৬ | ১০৪ |
| রায় | রাধা | ৫০ | ১৬ |
| উবগী | উগনি | ৫০ | ২০ |
| ভৌবা | কৌবা | ৫৫ | ৪৫ |
| কুশুন | কুসুম | ৯৫ | ৪৪ |
| হৈ | নৈ | ১৪৮ | ১৯ |
| চংলকলে | চৎলকলে | ১৭২ | ৫৭ |
| শুপী | স্থপী | ১৯১ | ৫৮ |

শ্রীগুরুগৌরাঙ্গৌজয়তঃ।

# শ্রীগোবিন্দলীলামৃতরস

শ্রীযদুনন্দন ঠাকুর কৃত পদস্থ ক্রমিক অনুবাদ।

## প্রথম সর্গঃ

( মঙ্গলাচরণম্ )

শ্রীগোবিন্দং ব্রজানন্দ সন্দোহানন্দ মন্দিরম্।
বন্দে বৃন্দাবনাধীশং শ্রীরাধাসঙ্গনন্দিতম্ ॥১॥

যে'চজ্ঞানমত্তং ভুবনং কৃপালুরুল্লাঘযন্নপ্যকরোৎ
প্রমত্তম্। স্বপ্রেমসম্পৎ সুধয়াদ্ভুতেহং শ্রীকৃষ্ণ
চৈতন্যমমুং প্রপদ্যে ॥২॥

শ্রীরাধাপ্রাণবন্ধোশ্চরণকমলয়োঃ কেশশেষাদ্যগম্যা
যা সাধ্যা প্রেমসেবা ব্রজচরিতপরৈর্গাঢ়লৌল্যৈকলভ্যা।
সা স্যাৎ প্রাপ্তা যয়া তাং প্রথয়িতুমধুনা মানসীমস্য
সেবাং ভাব্যাং রাগাধ্বপান্থৈর্ব্রজমনুচরিতং নৈত্যিকং
তস্য নৌমি ॥৩॥

কুঞ্জাদ্‌গোষ্ঠং নিশান্তে প্রবিশতি কুরুতে দোহ-
নান্নাশনাদ্যাং প্রাত সায়ঞ্চ লীলাং বিহরতি সখিভিঃ
সঙ্গবে চারয়ন্ গাঃ। মধ্যাহ্নে চাথনক্তং বিলসতি
বিপিনে রাধয়াদ্ধাপরাহ্নে গোষ্ঠং যাতি প্রদোষে
রময়তি সুহৃদো যঃ সঃ কৃষ্ণে'হবতান্নঃ ॥৪॥

( শ্রীযদুনন্দন কৃত বাঙ্গলা অনুবাদ )

এই সব শ্লোকের অর্থ সংক্ষেপ করিয়া,
লিখি মাত্র আপনার মন বুঝাইয়া।

( দীর্ঘ ত্রিপদী )

শ্রীগোবিন্দ ব্রজানন্দ আনন্দ মন্দিরকন্দ
শ্রীরাধাসঙ্গানন্দময়।
বন্দো বৃন্দাবনাধীশ বাঞ্ছাকল্পতরু ঈশ
সর্ব্বানন্দ যাহার আশ্রয় ॥১॥
অজ্ঞানেতে মত্ত ক্ষিতি দেখি কৃপা কৈলা অতি
নিজ প্রেমসুধা অদ্‌ভুত।
দিয়া মাতাইলা যেই শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য সেই
তার পদে প্রণতি বহুত ॥২॥
শ্রীরাধিকা প্রাণবন্ধু পাদপদ্ম নখ ইন্দু
ব্রহ্মা শিব শেষ অগোচর।
প্রেমসেবা সাধ্য যেই গাঢ় লোভে মিলে সেই
ব্রজবাসি চরিত তৎপর ॥
রাগপথে পথি হৈয়া ব্রজভাবে প্রবেশিয়া
লভ্য যেই নৈত্যিক সেবন।
মানসের সেবা যেই বিস্তার করিয়ে এই
প্রণমিয়া তাহার চরণ ॥৩॥
নিশা অন্তে কুঞ্জ হৈতে প্রবেশ গোষ্ঠে নিতে
গোদোহন ভোজনাদি লীলা।
প্রাতঃকালে সায়ংকালে খেলা সব সখা মিলে
গোচারণ সঙ্গবের বেলা।
মধ্যাহ্নে নিশায় যার রাধা সঙ্গে সুবিহার
বৃন্দাবনে হয় মহানন্দে।
অপরাহ্নে গোষ্ঠে যান প্রদোষে সুহৃদস্থান
রাখু কৃষ্ণ সেই রস কন্দে ॥৪॥

( মৈতৈলোনগী অনুবাদ )

শ্লোকশিং অসিগী অর্থবু সুপচিন্না।
ইজরকে ঐগী পুক্নিংবু খংহন্দুনা ॥

( দীর্ঘ ত্রিপদী )

নিংথীবা গোবিন্দ কৌবা, ব্রজগী নুংঙাইহৈরিবা,
নুংঙাইবগী মরূ ওইবা।
বৃন্দাবনগী মপুবু খুরুমজরি কৃষ্ণবু,
রাধা সঙ্গনা নুংঙাইরিবা ॥১॥
মায়ানা মরাই কাবা উদনা চানবিরিবা
মহাক্কী প্রেমামৃত পীদুনা।
মরাই কাহল্লিবা, শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য কৌবা
মাগী পাদদা খুরুম্নি য়াম্না ॥২॥
রাধাগী চান্নথোইবা, খোং খুজিন্না থাঙইবা,
খংদ্রবা ব্রহ্মা শিব শেষনা।
প্রেম সেবা কৌবহুবু, অপাম্বনা ফংই মাবু,
ব্রজগী লমচৎ খংবশিংনা।
রাগগী লম্বিদা চৎলগা, ব্রজভাবতা চংলগা,
ফংগদবা তৎতব সেবানা ॥
পুক্নিংগী সেবা অদুবু সন্দোকচরক্কে মাহুবু,
মহাক্কী পাদ খুরমহুনা ॥৩॥
নিশান্তদা কুঞ্জদগী, গোষ্ঠদা চুমিৎ খুদিংগী,
শঙ্গোম শুম্বা লুক্ হাৱিবা।
প্রাতঃ সায়ং মতমনা, শান্নবসখা তিন্নুনা,
পূর্ব্বাহ্নদা শন শেললিবা।
নুমিৎয়ুংবা নোংয়াইদা, রাধাগী সুখলীলাদা,
বৃন্দাবনদা নুংঙাইরিবা।
অপরাহ্নদা গোষ্ঠ য়ৌবা, প্রদোষদা সভা য়ৌবা,
কৃষ্ণনা কনসহু নিংথীবা। ৪॥

( অন্যান্য শ্লোকের অনুবাদ )

যে অপূর্ব্বামৃত পানে বচনে ও মনে প্রাণে
অহর্নিশি পিয়াসা বাঢ়য় ।
অপরূপ গুণ ধরে ভবরোগ নাশ করে
প্রেমমদ মোহান্ধ করয় ॥
আস্বাদন হয় যত রসদান বাঢ়ে তত
দেহেন্দ্রিয় হৃদি পুষ্টি করে ।
সে গোবিন্দলীলামৃত হউ সদা জয়যুত
যাহে স্বর্গামৃত স্পৃহা হরে ।'৫॥

( কৃষ্ণদাস কবিরাজের দৈন্য )

আমি যে অপটু অতি তটস্থ বুদ্ধির গতি
অতি অপাত্র আমা হাড়ি সম ।
কৃষ্ণলীলা রস সার চাহে তাহে রাখিবার
হাসিবেন বৈষ্ণবের গণ ॥
কৃষ্ণলীলামৃতার্ণবে বিহারি বৈষ্ণব সবে
নিরবধি হিত দাতা হন ।
অদোষ দরশি চিত সদা করে পরহিত
শুনি ইহা হরষিত মন ॥৬॥
শ্রীরূপ সন্নটরাজ কৈলা যে নাটক কাজ
কৃষ্ণলীলামৃত রসময় ।
ব্রজের বৈষ্ণবগণ তাঁহাতেই নিমগণ
সবে হন রসের নিলয় ॥
তার আগে মোর বাণী হাস্য প্রকাশন জানি
ভণ্ডপ্রায় বচন আমার ।
যদি বাক্য মন্দ অতি তথাপি বচন তত্তি
পাইবেন আনন্দ অপার ॥৭॥
ভাগবত শাস্ত্রে কহে কৃষ্ণকথা উক্তি যাহে
তাতে সর্ব্ব পাপ বিনাশয় ।

( অতোপ্পা শ্লোক্কী অনুবাদ )

অমুভসি থক্ক'দা পুক্লিং হকচাং প্রাণদা
অহিং হু খিল চুপ্পা খোঁয়াংবা ।
অথোইবা গুণ পুবা ভব রোগ কোক্লবা
প্রেমগী মরাইনা ওক্রবা ॥
তম্‌মৈথ থকলুবা অহুমথৈ মুংঙাইবা
হকচাং ইন্দ্রি হৃদি পোক্লবা ।
গোবিন্দ লীলামৃতনা জয় ওইসনু চুপ্পা
স্বর্গগী অমৃত পামত্রবা ॥৫ ।

( কৃষ্ণদাস কবিরাজগী নোল্লুকচবা )

ঐহাক্‌সি অপংবনি মতায় থংবা বুদ্ধিনি
পাত্র নত্তবা ফুক্‌চিংগুমবনি ।
কৃষ্ণগী লীলা'রসবু থল্লি হাপকে হায়নবু
বৈষ্ণবশিংনদি নোক্‌কনি ॥
লীলা মৃতদা লুগুনা শাক্লিব বৈষ্ণবনা
[illegible] অকবা [illegible] ।
[illegible] [illegible]
[illegible]
শ্রীরূপ [illegible] [illegible]
কৃষ্ণগী লীলা [illegible]
ব্রজগী বৈষ্ণবশিংনা [illegible]
[illegible] রসগী মকম [illegible] ॥
মমাংদা ঐগী বাসিনা নো'ক্লনবগুমহৌনা
নমহুৎপগুম্বা বাহৈনি ।
ঐহাক্কী বাহৈ অসিনা ফত্রবসু বৈষ্ণবনা
য়াম্না মুংঙাইনা কংবিগনি ।৭
হায়াব ভাগবততা কৃষ্ণগী কথা অহুদা
সর্ব্ব পাপ কোকই হায়না ।

শ্রীগোবিন্দলীলা যবে মন্দ বাক্য পূজ্য হবে
সাধুগণ যাহা আদরয় ॥৮॥
মরুভূমি মুখ মোর বাণী তাহে খিন্নচর
গোকুল উন্মুখী ধেনুগণ।
বৈষ্ণবের কর্ণসরে যদ্যপি প্রবেশ করে
পুষ্ট স্নিগ্ধ হবে তখন ॥৯॥

( যদুনন্দন ঠাকুরের দৈন্য )

না জানি শ্লোকার্থগণ যৈছে তৈছে সংঘটন
করি গুরু বৈষ্ণব বন্দিয়া।
কৃষ্ণলীলামৃত সার নিগূঢ়ার্থগণ তার
পণ্ডিতেহ না বুঝয়ে ইহা ॥
আমি অতি তুচ্ছ মতি না জানিয়ে স্থানস্থিতি
ভাল মন্দ বিচার উদ্দেশে।
শুনি কৃষ্ণগুণ ততি বিহ্বল হইল মতি
গায় যদুনন্দন হরিষে ॥ (ক)

---

শ্রীগোবিন্দগী লীলানি যত্রাস্ত পুজা তৌগনি
লৌনংনি সাধুগী মরপ্পা ॥
ইচিন্না নৈকং ওইবা মাইনা চাব ফংত্রবা
ব্রজদা চংলা শলগী গুম্মা।
সাধুগী নাকোং ভুরেন্দা চংলুরবা মতমদা
ওইগনি নোংইব পেনন্দনা ॥৯

( যদুনন্দন ঠাকুরগী দৈন্য )

খংজদে শ্লোকী অর্থবু তাদুম তাম্না লে মবু
তৌগৈক্লে গুরু বৈষ্ণবগী কৃপানা।
কৃষ্ণগী লীলা অমুতনি মাগী অর্থ অথুপ্পনি
খংবা ঙমদে পণ্ডিতমক্সা ॥
ঐসি তোল্লবা বুদ্ধিনি অরেপ্পবু খংত্রবনি
অফ ফত্ত খীবা রাখনন।
কৃষ্ণগী গুণ তারুরে পুক্নিং না তেংনা পামগুরে
শকচরি যদুনন্দনা ॥ (ক)

এবে করি গুরুবর্গ বৈষ্ণব বন্দনা।
যাতে বিঘ্ননাশ হয় মঙ্গল ঘটনা ॥
বন্দনা করিব মাত্র এই মোর সাধ।
ক্রম বিপর্য্যয়ে না লইবে অপরাধ ॥ (খ)
বন্দো গুরু পদতল চিন্তামণিময় স্থল
সর্ব্বগুণ খনি দয়ানিধি।
আচার্য্য প্রভুর সুতা নাম যে হেমলতা
তাহার স্মরণে সর্ব্বসিদ্ধি ॥
অজ্ঞানের অন্ধকারে পতিত দেখিয়া মোরে
জ্ঞানাঞ্জন দিলা দয়া করি।
যাহার করুণা হৈতে নেত্র হৈলা প্রকাশিতে
দূরে গেল অন্ধকারাবলি ॥
বন্দো শ্রীআচার্য্য প্রভু আমার প্রভুর প্রভু
তার পদে কোটি পরণাম।

---

তৌজরগে গুরু বৈষ্ণবগী বন্দনাবু।
বিঘ্ন মোক্নুনা ওইরগনি মঙ্গলবু ॥
খুরমজবা অদুবু পামজবতনি।
ক্রম কাইব দোষ লৌবিরোইদবনি ॥ (খ)
খুরমজৈ গুরু পাদদা চিন্তামণি ওইবনা
লৌজালগী গুণগী খনিনি।
আচার্য্যগী মচা মুপী মমিং হেমলতা কৌনী
মহাকপু নিংশনা সিদ্ধনি।
অজ্ঞানগী অমম্বদা তাব উদনা ঐতোন্দা
জ্ঞানগী কাজল থাবিদুনা।
মহাকী থৌজালদগী ইমিৎ পাংজদগী
কোকথরে অমম্বা পরেংনা ॥
খুরমজৈ আচার্য্যবু * ঐগী গুরুগী গুরুবু
চরন্দা কোটীরক হুম্না।

---

* শ্রীনিবাস আচার্য্য

শ্রীগোপালভট্ট নাম রাধাকৃষ্ণ প্রেমধাম
পরাপর গুরু কৃপাধাম ।। (গ)
বন্দো গুরু গৌরচন্দ্র সকল আনন্দ কন্দ
পরমেষ্ঠি গুরু তেহো হায় ।
যিহো কৃষ্ণপ্রেম বন্যা দিয়া কৈলা ক্ষিতিধন্যা
অনন্ত প্রণতি তার পায় ।।
বন্দো তার ভক্তগণ তার গুণ অনুক্ষণ
রোদন মিশালে যারা গায় ।
না জানয়ে নিশিদিশি গৌর প্রেমরসে ভাসি
কৃপাময় কল্পতরু প্রায় ।। (ঘ)
বন্দো নিত্যানন্দ রায় গৌর প্রেমময় গায়
অনেক প্রণাম করি তারে ।
বন্দো তার ভক্ত ততি সদয় হৃদয় অতি
প্রেমের সাগরে যারা ভারে ।। (ঙ)

শ্রীগোপালভট কৌবা, রাধা কৃষ্ণগী প্রেম ফংবা,
পবাপর গুরুনি মহাক্লা ।। (গ)
খুরমজে গৌরাঙ্গবু, নুংঙাইবগী মরূবু,
পরমেষ্ঠী গুরুনি প্রভুনা ।
পিহ্নৗ কৃষ্ণগী প্রেমবু, য়াইফহল্লি পৃথিবীবু,
ঐনা খুরমজৈ হন্না হন্না ।।
খুরমজৈ গৌরভক্তবু, তংতনা মাগী গুণবু,*
কপ্পগা লোইননা শক্লিবা ।
অহিং নুংথিল খংদরে, গৌর প্রেমদা তাওরে,
থৌজাল্লেবা কলপ তরুগুম্বা ।। (ঘ)
খুরমজৈ নিত্যাইবু, গৌর প্রেম মুর্ত্তিবু,
হন্না হন্না খুরমজৈ প্রভুদা ।
খুরমজৈভক্তদা, থৌজাল হৈব মপৈদা
মথোইনা লংথবি প্রেমদা ।। (ঙ)

* শ্রীগৌরাঙ্গগী গুণবু ।

আচার্য্য অদ্বৈত রায় প্রণতি করিয়ে তায়
গৌরচন্দ্র বিনা স্মৃতি নাই ।
বন্দো তার ভক্তচয় যে আচার্য্য মত লয়
যাহা হৈতে গৌরচন্দ্র পাই ।। (চ)
বন্দো রূপ সনাতন সর্ব্বদা বিহ্বল মন
রাধাকৃষ্ণ লীলারস রঙ্গে
বহু শাস্ত্রগণ জানি প্রকাশিলা সার গণি
রাধাকৃষ্ণ প্রেমের তরঙ্গে ।।
বন্দো ভট্ট রঘুনাথ বন্দো দাস রঘুনাথ
বন্দো আর শ্রীজীব গোষাঞি ।
বন্দো রায় রামানন্দ গদাধর প্রেমকন্দ
বন্দো আর স্বরূপ গোষাঞি ।।
বন্দো শ্রীমুকুন্দদাস বন্দো নরহরি দাস
বন্দো আর শ্রীরঘুনন্দন ।

অদ্বৈত আচার্যাদা, খুরমজরি প্রভুদা,
গৌরচন্দ্র নৎতনা নিংস্রবা ।
খুরমজৈ ভক্তবু আচার্য্যগী মত চৎপবু,
মাহ্না গৌরচন্দ্র ফংলিবা ।। (চ)
শ্রীরূপসনাতনবু, খুরম্নি অনিমকপু,
রাধা কৃষ্ণগী লীলা খংলবা ।
অয়াম্বা শাস্ত্রখংলবা, মচি থম্নুনা লেংলিবা,
অনিগী প্রেমদা তাওরিবা ।।*
রঘুনাথ ভট্ট খুরম্নি, দাস রঘুনাথ খুরমলি,
শ্রীজীব গোষাঞিবুসু ।
রামানন্দ খুরমজৈ, গদাধর খুরমজৈ,
স্বরূপ গোষাঞিবুসু ।।
শ্রীমুকুন্দ খুরমজৈ, নরহরি খুরমজৈ,
অম শ্রীরঘুনন্দন কৌবা ।

* শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিগী ।

শ্রীখণ্ডেতে যার বাস গৌরপ্রেম সুখোল্লাস
যার শীল ভুবন বন্দন। (জ)

ঠাকুর পণ্ডিত পায় বন্দনা করহো যায়
সদা রহে প্রেমানন্দ পুর।

গৌরাঙ্গ জীবন যার কে কহিবে গুণ তার
যার নামে তাপ হয় দূর ॥ (ঝ)

বর্ণিতে বিলম্ব হয় গ্রন্থ বাঢ়ে অতিশয়
নাহি জানি বন্দনার ক্রম।

আপনা পবিত্র কাজে নাম গাই গ্রন্থ মাঝে
নাশাইতে মনের বিভ্রম ॥

সকল বৈষ্ণবগণ দৃশ্যাদৃশ্য যত জন
সভার চরণধূলি যত।

আপন মস্তকে করি হরষিত হইয়া ধরি
প্রত্যেকে বন্দিব আর কত। (ঞ)

আচার্য্য প্রভুর গণ পরিবার যত জন
প্রণমহো সভা'র চরণে।

আমি অতি সুপামর মোরে কৃপাদৃষ্টি কর
দন্তে তৃণ কর নিবেদনে ॥

পতিত তারণ কাজে সবে আইলা ক্ষিতি মাঝে
সবে মহা দয়ার সাগর।

সংসার সাগরানলে পড়িয়া কাকুতি করে
এ যদুনন্দনের কর পার ॥ (ট)

( আবার যদুনন্দনের দৈন্য )

শ্রীগুরু পাদদ্বন্দ্ব করিয়া বন্দন।
সংক্ষেপে কহিব কিছু কৃষ্ণলীলাক্রম ॥

বুদ্ধিহীন মূর্খ শাস্ত্রজ্ঞানহীন বড়।
ভালমন্দ বিচারের লাজ নিয়ে দঢ় ॥

তথাপিও চিত্ত মোর করে ধকধকি।
মনের প্রবোধ লাগি যে তে মতে লিখি ॥

---

শ্রীখণ্ডদামানা লৈবা গৌর প্রেম্না লুংঙাইবা,
জগৎনা মচৎ তম্লবা ॥ (জ)

শ্রীঠাকুর পণ্ডিততা* খুরমজরি মাঙোন্দা,
প্রেমগী ইচেলদা তাওরিবা ॥

গৌরাঙ্গনা পুনশিনি, কনান গুণ থাগনি,
মমিংদা অৱাব কোক্লরিবা ॥ (ঝ)

হাইগদবদা পল্লে, লাইরিকস্থ চাওথরে,
খংজদে বন্দনাগী ক্রমবু।

ঐগী শেংজনব গীতা, নাম থারি লাইরিক্তা,
কোক্লবা পুক্লিংগী ঙক্পবু ॥

বৈষ্ণবশিং অয়াম্বা, উনব ফংব ফংদবা,
পুম্নমক্কী চরণ ধূলিবু।

ইকোক্তা হাপচত্নুনা, পুক্লিং কয়া হরাওনা,
মথং শিংনা খুরমসিগে কয়াবু ॥ (ঞ)

আচার্য্য প্রভুগী মরুপ, মীশক অয়াম্বা কাংলুপ,
খুরমজৈ সভাগী চরন্দা।

পাপ চেল্লবা ঐহাকপু, তৌবিয়ু কৃপা দৃষ্টিবু,
হায়জরি নাপি চিক্লা য়াদা ॥

লানবিনবা থোরমদা, লাক্লিবনি পৃথিবীদা
ওইরি দয়াগী সমুদ্রবু।

সংসারগী মৈন চাকপা, তারত্নুনা হাইজবা,
লান্থিয়ু যদুনন্দনবু ॥ (ট)

( যদুনন্দনগী দৈন্য )

শ্রীগুরুগী খুয়া অনিবু খুরমত্নুনা।
কৃষ্ণগী লীলাবু হাইজগে সুপ্লপ্পা ॥

বুদ্ধি লৈত্তে পংই শাস্ত্রগী জ্ঞানস্থ য়াওদে।
অফ ফত্তগী বিচার অচেৎপস্থ থংদে ॥

পংলবস্থ পুক্লিং অসিনদি পামজরি।
পুক্লিং পেম্নবগী দমক্ থরদং ইজরি ॥

* ঠাকুর লোচন নরহরিগী শিষ্য চৈতন্য-মঙ্গল লেংবা।

বৈষ্ণব গোষাঞি পাশে কোটি নমস্কার।
অদোষ দরশি চিত্ত সদাই যাহার ॥

যদি মুঞি অতিশয় জড়মতি ছার।
না জানিয়ে শুদ্ধ ষত্ব নত্বের বিচার ॥

তথাপিও অন্য নহে লিখি কৃষ্ণগুণ।
আস্বাদনে বাঢ়ে সুখ পাপে হয় শূণ ॥

নিজ দোষ কত মুঞি লিখিব বিস্তার।
চলিতে না পারো এত পাতকের ভার ॥

কৃষ্ণলীলা এ জন লিখিতে সাধ করে।
বিচার করিতে পড়ো লজ্জার ভিতরে ॥

অনন্ত সহস্র মুখে বর্ণিতে না পারে।
ব্রহ্মা শিব সনকাদি চিন্তয়ে অন্তরে ॥

নারদ প্রহ্লাদ আদি অনন্ত ভকৃত।
ব্যাস উদ্ধবাদি আর ভক্ত শত শত ॥

ইহারা না পায় অন্ত হেন লীলা যার।
মুঞি ক্ষুদ্র কীট হইয়া কি পাইব পার ॥

শুকদেব ঠাকুর যে লীলার সময়।
কিছু প্রকাশিয়া তিহোঁ ভাগবত কয় ॥

( লীলার ক্রম )

সর্ব্বেশ্বরেশ্বর কৃষ্ণ এই সভার জ্ঞান।
ব্রজবাসিগণের প্রেমভক্তি অনুপাম ॥

কে কহিতে পারে তাহা বিনা ব্রজবাসী।
অহর্নিশ রহে যেই কৃষ্ণপ্রেমে ভাসি ॥

সর্ব্বসুখ স্থল কৃষ্ণের বৃন্দাবন ধাম।
সুখময় সঙ্গী স তাহারি সমান ॥

ইচ্ছা লীলা করে কৃষ্ণ মায়া গন্ধহীন।
পিতা-মাতা দাস-সখা ভাব পরবীণ ॥

প্রেয়সী সহিতে সুখবিলাস অপার।
গোবিন্দলীলামৃতে এ লীলার বিস্তার ॥ (ড)

---

বৈষ্ণবকী খুয়াদা কোটি খুরাম্নবনি।
দোষ য়েংবিদবা বৈষ্ণবকী পুকচেলনি ॥

অপংবা তোল্লব পুকচেলদি ওইরগা।
ষ ণ গী মতৌ তশেংনদি খংদ্রগা ॥

ইরিবসি অতৈ নংতে কৃষ্ণগী গুণনি।
তাবদা হুংঙাইগনি পাপসু কোঙনি।

ঐগী দোষবু কয়া ইসিগে শন্দোকনা।
চংশমক ঙম্দরে পাপ চেলবনা ॥

কৃষ্ণগী লীলা ইগদৌরি মী ওইসিদা।
খল্লুরবদি তারে ঈকাইবগী মঙ্গুংদা ॥

অনন্তগী মুখনা থাবদা ঙমদবা।
ব্রহ্মা শিব সনকা হৃদিদা খন্নরিবা ॥

নারদ প্রহ্লাদনচিংবা ভক্ত কয়ানা।
ব্যাস উদ্ধব নচিংবা ভক্ত চাম চামনা ॥

মখোইসিনা ঙমথৈ ফংদ্রব লীলানি।
পিক্লবা তিলগুম্বা ঐনা করি ফংগনি।

রসনা তিল্লব লীলাবু শুকদেবনা।
ফোংদোকপিরমই ভাগবত্তা মহাক্না ॥

( লীলাগী ক্রম )

ঈশ্বরগী ঈশ্বর ওইব শ্রীকৃষ্ণনি।
ব্রজবাসীগী অখোইব প্রেম ভক্তিনি ॥

কনানা হাইগনি ব্রজবাসী নত্তনা।
অহিং মু থিলদা নৈ কৃষ্ণপ্রেমদা তাওহনা ॥

বৃন্দাবন্না হুংঙাইব খিবিকী মফমনি।
পুম্নমক্ কৃষ্ণগুম্না সচ্চিদানন্দনি ॥

মায়াগন্ধ লৈতে অপান্থ লীলা শাম্নরি।
পিতামাতা দাস সখা ভাবনা তিন্নি ॥

প্রিয়াগা লোইননা হুংঙাইনা শাম্নরি।
গোবিন্দ লীলা মৃতদা লীলাসি শন্দোক্লি ॥

উপপতি ভাব কৃষ্ণে রাধিকাদি গণ।
নির্ম্মল উজ্জ্বলরস সর্ব্বোত্তমোত্তমে ॥
পরকীয়া বিলাস শ্রীরাধিকাদি লৈয়া।
রসিকশেখর খেলে রসলোভী হৈয়া ॥

কৃষ্ণের প্রেয়সী সবে কেহ নহে পর।
রসের কারণে হয় লীলা স্বতন্তর ॥ (ঢ)
সাধন জানিতে ইহা বুঝিবে সর্ব্বথা।
কিন্তু ব্রজবাসী জনে পরকীয়া মতা ॥

এইমত নিত্যলীলা য়ার নাহি নাশ।
রসিক ভক্ত পাইবারে করে আশ ॥

কৃষ্ণের অচিন্ত্য শক্তিতে তাহার নিত্যতা।
অদ্ভুত ইহাতে নাই দুর্ভাবনা বৃথা ॥ (ণ)
কৃষ্ণদাস কবিরাজের কৃষ্ণ সঙ্গে স্থিতি।
অতত্রব ব্যক্ত কৈল এ সব চরিতি ॥

তাহার চরণে করি কোটি নমস্কার।
প্রকাশিলা যিহোঁ কৃষ্ণলীলার ভাণ্ডার ॥ (ত)
প্রাকৃতে লিখিয়া বুঝোঁ এই মোর সাধ।
এ সব সম্পূর্ণ হয় বৈষ্ণব প্রসাদ ॥ (থ)
উজ্জ্বলাখ্য ভক্তি এই যার প্রাণধন।
প্রেমময় লীলা এই সর্ব্বোত্তমোত্তম ॥
অত্যন্ত নিগূঢ় কথা প্রকাশ করিতে।
আনন্দ বিষাদ ভয় উপজয়ে চিতে ॥ (দ)

(যদুনন্দন কৃত লীলার ক্রম)

অথবা কৃষ্ণের লীলা অনন্ত অপার।
কে আছে এমন যেই করে অন্ত তার ॥
একদিনের লীলাক্রম সংক্ষেপ করিয়া।
লিখি মন বুঝাইব এই মোর হিয়া ॥
কিন্তু এই পরিবার সঙ্গে অনুক্ষণ।
প্রকটাপ্রকট লীলা নাহি বিশ্রমন ॥

---

রাধানা চিংবনা কৃষ্ণদা উপপতি ভাবনি।
মক্ত্ব উজ্জ্বল রসনা থোইদোকপনি ॥
রাধানিংবগা পরক য়া রস শ নৈ।
রস থংব কৃষ্ণনা রসবু পায় শানৈ।
কনা অমতা তোপ্তে কৃষ্ণ প্রিয়া ভাক্তনি।
রসগীদমক্ ম'নিং তম্না শাম্নবনি ॥
সাধন থংব ত'রবদি মাসি থংগনি।
ব্রজবাসী গোপীশংদা পরকীয়ানি।
মাংব লৈত্রব অসিগুম্বা নিত্য লীলানি।
রসিক ভক্তনা ফংগে তাম্নরিবনি ॥
কৃষ্ণগী অচিন্ত্য শক্তিনা লীলা অরেপ্পনি ॥
ওক্নিংঙাই লৈতে ভাব ফত্তব অরেম্বনি।
কৃষ্ণদাসদি কৃষ্ণ লোইনরকপনি ॥
মরম অসিনা লীলাসি ফোংলম্বনি।

কোটীরক্ থুরমজে মাগী চরণবু।
মহাক্না ফোংবিরমই কৃষ্ণগী লীলাবু ॥
অচম্বা লোম্না ইহুনা থংনবা হায়না।
থজবহু থু'লে বৈষ্ণবকী থৌজালনা ॥
প্রেম ভ'ক্তসি বৈষ্ণবকী প্রাণ ধননি।
পুম্নমক্তগী থোইরবা প্রেম লীলানি ॥
থোইদোক্না থুপলব অসি ফোংগদবদা।
মুংঙাইব অৱাব কীব পোক্নে পুক্নিংদা ॥
অমদি কৃষ্ণ লীলাদি লোমত্রব অপারনি ॥
অসিগী ওমথৈবু কনানা হাইগনি ॥
নোংমগী লীলাগী মথং মনাও স্নপ্তুনা।
ইবনি পুক্নিংবু থংহনগে থন্দুনা ॥
করম্ তৌই পরিবারসি থাদোক্নদে।
ফোংনা ফোংদনা শান্নব লীলা পোংথাদে ॥

প্রকটেও পরকীয়া অপ্রকটে সেই।
পরিবার ভিন্ন নহে নিত্যরূপে যেই ॥ (ধ)
গুহ্যাদতিগুহ্য এই পরকীয়া রস।
সদা কৃষ্ণ আস্বাদয়ে হৈয়া যার বশ ॥
পাষণ্ড লাগিয়া সদা ভয় লাগে চিতে।
পাষণ্ড না রহে যেন গোবিন্দ চরিতে ॥ (ন)
তবে যদি তর্কে কেহ করে পরিহাস।
সর্ব্বথায় গলে সে বাঁধিল যম পাশ ॥
কৃষ্ণ কৃষ্ণভক্তগণে যে করে বিদ্বেষ।
নিন্দা করে পিতৃসঙ্গে পায় মহা ক্লেশ ॥
বহুজন্ম নরক ভুঞ্জয়ে সেই পাপী।
ঐছে কৃষ্ণ কৃষ্ণভক্ত পরম প্রতাপী ॥
এই কথা শাস্ত্রে শুনি বাঢ়িল আহ্লাদ।
আরম্ভ করিনু গ্রন্থ ভাঙ্গিল বিষাদ ॥
দোষ না লইও প্রভু বৈষ্ণব গোষাঞিঃ।

ফোংলবস্থু পরকীয়া ফোংত্রবস্থ অদুনি।
লোইনরিবদো তোপ্পে অরেপ্প ঙাক্তনি ॥
থুপ্পদগী থুংলব পরকীয়া রসনি।
মতম খিবিক্তা কৃষ্ণনা চুপলিবনি ॥
পাপীগীদমক্ কিরে মতম খিবিক্তা ॥
পাপীদি চংদে গোবিন্দগী লীলারসদা ॥
মানা য়েংলিবা নোক্নরিবা লীলা অসিদা।
যমগী থৌরিনা পুন্নবনি মণ্ডকতা ॥
কৃষ্ণদা ভক্তদা য়েক্নরিবা মহাক্না।
চৈরিব রারে, পিতৃলোকা লোইননা।
পাপী অদু মপোক কয়া নরক্ তাই।
অদুম্না কৃষ্ণনে ভক্তনে তৌব ওমই ॥
রা অসি শাস্ত্রদা তাবদা নুংঙাইজরে।
অরাব কোকচরে, লাইরিক্ হৌজরে ॥
দোষ লৌবিগনু বৈষ্ণব ঠাকুরশিংনা।

তোমা সভা বিনে মোর অন্য গতি নাই ॥
শ্রীগুরু শ্রীপাদপদ্ম এই মাত্র জানি।
যেই উঠে মনে সেই সত্য করি মানি ॥
নাহিক বিশ্বাস লব তার পদে মোর।
তাহার চরিতে তথাপিও লোভে ভোর ॥
শ্রীগুরু বৈষ্ণব পদ করিয়া বন্দন।
সংক্ষেপে কহিনু কিছু কৃষ্ণলীলা ক্রম ॥
কাম ক্রোধ লোভ মোহ মদ অভিমান।
ইহাতে জড়িত চিত্ত নাহি সমাধান ॥
ইহা সমাধান বিনু নহে কৃষ্ণভক্তি।
ভক্তিহীন জনে লীলা বর্ণনে কি শক্তি ॥
চিত্তের প্রবোধ মাত্র যে তেমতে করি।
যাতে সুখী হয় মন সেই অনুসারি ॥ (প)
যেই লীলা ব্রহ্মা শিব শেষ অগোচর।
ব্রজবাসী জনে মাত্র সম্বন্ধ গোচর ॥

ননাই ঐগী গতি লৈতে বৈষ্ণব নংতনা ॥
শ্রীগুরু পাদ পদ্মতবু ঐনা খংঙৈ।
কৃপানা ঙাক্লকপদো অরেপ্পনি খঙৈ ॥
ঐগী থাজবদি ওইদে মাগী চরন্দা। *
অদুগা ওক্না পাম্ই মহাক্কী মচংতা ॥
শ্রীগুরু বৈষ্ণবকী পদ খুরম্দুনা।
কৃষ্ণগী লীলা ইজরকে মুপ্চিন্না ॥
কাম ক্রোধ লোভমোহ মদগর্ব্বসিনা
য়েংশিন্দুনা লেপ্পা ওম্ত্রে পুক্চেলনা।
অসিলাকসিন্দনা কৃষ্ণ ভক্তি ওইদে ॥
ভক্তি লৈতবা মীনা লীলা লেংব ওমদে।
পুক্নিংনা খংননবত ইগে অদুম তৌনা ॥
মাদুনা পুক্নিং নুংঙাইরগে মদুং ইন্না।
ব্রহ্মাশিব অনন্তনা খংত্রব লীলানি।
ব্রজবাসীগী মরিতনা খংনরিবনি।

* শ্রীকৃষ্ণগী চরণদা।

বিধিভক্ত্যে না মিলয়ে এই কৃষ্ণলীলা।
রাগাত্মিকা জনে মাত্র করে এই খেলা॥
কৃষ্ণকে ঈশ্বর জ্ঞান কভু নাহি করে।
তারে দেখি জীয়ে সবে না দেখিলে মরে॥
আত্ম সুখ-দুঃখে কারো নাহিক বিচার।
কৃষ্ণ সুখ লাগি সব করয়ে আচার॥
আশ্চর্য্য প্রেমের কথা কহিল না হয়।
যার মনে উপজয়ে সেই সে বুঝয়॥
বড় রসময় কথা লোক অগোচর।
ধর্ম্ম অর্থ কাম মোক্ষ চতুর্ব্বর্গ পর॥ (ফ)
পরম লালসা মূল্যে সেই পেম মিলে।
বেদ অগোচর কথা মহাজনে বলে॥
দন্তে তৃণ ধরি মুঞি কহোঁ বার বার।
যত্ন করি এই গ্রন্থ করিবে বিচার॥

পয়ার বলিয়া মনে না করিবা হেলা।
শ্লোক পরবন্ধে কহে এই যত খেলা॥
শ্লোকের অর্থের কথা কিছুই না জানো।
সেই উঠে মনে সেই সত্য করি মানো॥
অত্যন্ত নিগূঢ় কথা বহির্ম্মুখ স্থানে।
যত্ন করি রাখিবেন করিয়া গোপনে॥
আপন সম্প্রদা বিনা অন্যে না কহিবে।
এই মোর নিবেদন বিচার করিবে॥
বৈষ্ণব চরণে মোর একান্ত শরণ।
এই সে ভরসা সবে সংসার তারণ॥
পুনঃ পুনঃ দৈন্য করোঁ না লইবে দোষ।
প্রেম দৈন্য বিনা প্রাণ সদা অসন্তোষ॥
আমি লিখি কহি মাত্র অভিমান করি।
যে কহান কৃষ্ণ তাহা উঠয়ে উচ্চারি॥

---

বৈধী ভক্তি চৎপনা ফংদরব লীলানি॥
রাগাত্মিকাগী মশকঃ শান্নবলীলানি।
কৃষ্ণবু ঈশ্বরনি হায়নঃ খংদ্রবা॥
মহাকপু উরগা হিংবা উদ্রগা শিবা।
মশাগী অরাবা মুংঙাইবা খনদ্রবা।
কৃষ্ণনা মুংঙাইনবগী সেবা চৎচবা॥
অঙকপ প্রেমগী রা হাইব ঙয়োই।
মাগী পুক্কিদা ফাওরকপ মান থংই॥
রসগী মশকনি মীনা খংদ্রব রানি।
বর্গ মরিদগীস্থ হেন্নব রারম্নি॥
পামজব মমলনা প্রেম অদু ফংনৈ।
বেদনা খংদব রানি সাধুনা হাওনৈ॥
যাদ নাপি চিক্কুনা হাইগে হন্না হন্না।
লাইরিকী রাসি খনবিগনি চোকশিন্না॥

পয়ারনি হায়না হেলা তৌরোইদবনি।
শ্লোকী মরি শিংনা হায়জরিব লীলানি।
শ্লোকী অর্থগী রাদি করিস্থ খংউদরে।
পুক্কিদা ফাওরকপদু চুমই লৌরে॥
কুমং নুংশিদবদদি অথুপা রানিনা।
চোকশিন্না থম্বিগনি, য়াম্না থুপচিন্না।
সমপ্রদা নংঙবদা হাইরোইদবনি।
ঐনা হাইজবা অসি বিচার তৌবিগনি॥
বৈষ্ণবকী চরন্দা ঐগী চংজফমনি।
মাসিনা লেপ্পা সংসার লান্নবা আশানি।
হন্না হন্না দৈনা তৌজৈ দোষ লৌবিফদে।
প্রেমগী দৈন্য নত্তনা প্রাণ্না পেনজদে॥
ঐনা ইরিবনি হায়বসি অভিমান্নি।
কৃষ্ণনা হাইহনব অদু হায়বনি॥

রাধাকৃষ্ণ পাদপদ্মে সেবা অভিলাসে।
এ যদুনন্দন কহে গোবিন্দবিলাসে ॥ (ব)

( মুল-গ্রন্থ ধৃত শ্রীরূপ গোস্বামীকৃত শ্লোকে )
দিগদর্শন।

রাত্র্যন্তে ত্রস্ত বৃন্দেরিত বহু বিরবৈর্বোধিতৌ কীরশারী,
পদ্যৈর্হৃদ্যৈরহৃদ্যৈরপি সুখশয়নাদুত্থিতৌ তৌ সখীভিঃ।
দৃষ্টৌ হৃষ্টৌ তদা ত্বোদিত রতিললিতৌ কক্খটীগীঃ সশঙ্কৌ,
রাধাকৃষ্ণৌ সতৃষ্ণাবপি নিজ নিজ ধাম্ন্যাপ্তুতল্পৌ স্মরামি ॥১০

( যদুনন্দন ঠাকুর কৃত বন্দনা )

জয় জয় শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য অধীশ্বর।
প্রেমময় তনু সদা কৃপাপূর্ণান্তর ॥
কৃপা কর ওহে প্রভু পতিত পাবন।
তোমা না ভজিনু প্রভো মো বড় অধম ॥
জয় জয় রাধাকৃষ্ণ লীলা রসময়।
জয় জয় ব্রজবাসী যত মহাশয় ॥

রাধা কৃষ্ণগী পাদ সেবা পামজদুনা।
গোবিন্দগীলীলা হাইজে যদুনন্দন্না ॥

( মৈতৈলোনগী পদ )

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুবু খুরমজরি।
থৌজাল লৈবা প্রেমগী মশক্ শুইবিরি ॥
হে পতিত পাবন প্রভো কৃপা তৌ প্রভুনা।
নহাকপু সেবা তৌরুদ্রে অতোনব এনা ॥
লীলারস পুবা রাধে কৃষ্ণ খুরমজরি।
ব্রজবাসী মহাশয়াশং খুরমজরি ॥

(ব) মসি ফাওবস লাইরিক অম ইবগী হৌনবা যদুনন্দন ঠাকুরনা বন্দনা অমসুং বৈষ্ণব বিজ্ঞাপ্ত, আত্ম দৈন্য, লীলাতত্ত্ব, রসতত্ত্ব, রাধা কৃষ্ণতত্ত্ব, বৃন্দাবনতত্ত্ব, ভাব-তত্ত্ব, অসি পুম্নমক্ ফোংবা বানি।

এবে কহি কৃষ্ণলীলা সংক্ষেপ করিয়া।
শ্রীগুরু বৈষ্ণব পদ পুনঃ প্রণমিয়া ॥

( পূর্ব্বোদ্ধৃত শ্লোকের মর্ম্মানুবাদ )

রাত্রিশেষে শুক শারী আদি পক্ষীগণ।
বৃন্দার নিদেশে শব্দ করে অনুক্ষণ ॥
রাধা কৃষ্ণ জাগিলেন সে ধ্বনি শুনিয়া।
রসের আলসে তবু রহিলা শুইয়া ॥
নানা পদ্যে হৃদ্য আর অহৃদ্য বচনে।
তবে শুক শারী জাগাইল দুইজনে ॥
শয্যায় বসিলা উঠি কিশোর কিশোরী।
আনন্দে মগন দোহে দোহা মুখ হেরি ॥
এইকালে সখীগণ করিলা প্রবেশ।
দরশনে বাঢ়ি গেল আনন্দ বিশেষ ॥

হৌজিক্তি হাইজগে কৃষ্ণগী লীলা সুপ্না।
গুরু বৈষ্ণবকী খুয়াবু খুরমদুনা ॥

( মথক্তা লৌশিল্লিবা শ্লোকী অনুবাদ )

অহিংগী মমৈদা শুক শারী উচেক্শিংনা। *
বৃন্দাগী য়াথংদগী খোংলক্রে নিংথীজনা ॥
রাধা কৃষ্ণ হৌরে খোঞ্জেল অদু তাদুনা।
রসগী অতনবনা লৈরে চেপ্পদুনা ॥
মুংঙাইবা মুংঙাইতবা বাহৈ কয়ানা।
অনিমকপু হৌদোক্ই শুক শারীনা ॥
অনৌবা অনৌবীনা হৌগৎতুনা কমলে।
মহৈ মহৈ য়েংনরগা রসদা লুপলে ॥
মতম্ অসিদা চংশিনলক্রে সখীশিংনা।
উবদা চাওখৎলে মুংঙাইব রসনা ॥

* পক্ষী শব্দদি অভিধাবৃত্তি মুখ্যার্থদা "মশা-পানব" হায়বনি। রুঢ়িবৃত্তিদা "উদা চেক্ চেক্ খোংই" হায়দুনা উচেক্ হায়নৈ।

নানা পরিহাস কথা সুচাতুরী।
নিমগণ হৈলা হেরি সে রস-মাধুরী ॥
কক্‌খটী কহিল তবে জটিলা আইলা।
তার বাক্যে রাধাকৃষ্ণ সখী চমকিলা ॥
তবে দোঁহে গেলা নিজ নিজ গৃহমাঝে।
তৃষিত অন্তরে দোঁহে শুইলেন শেযে ॥ ১০

( যথাক্রমে মূলশ্লোকাবলীর মর্ম্ম )

এইতো কহিল সূত্র ইহার বিস্তার।
বিবরিয়া কহি শুন মাধুরী অপার ॥
নিশি শেষে রাধাকৃষ্ণ বৃন্দাবন মাঝে।
শয়ান কুসুম কুঞ্জে কুসুমিত শেযে ॥
রসের আলসে দোঁহে সুখে নিদ্রা যান।
হেম মরকত মণি যনু একস্থান ॥
সেবাপরা সখীগণ সময় জানিয়া।
যার যেই সেবা হয় করে হর্ষ হৈয়া ॥

হৈশিংবা ৱাহৈনা পরিহাস কয়া তৌই।
রস মাধুরীহু উবদা পুক্লং লুপই ॥
কক্‌খটীনা হাইরকই জটিলা লাক্লে।
মাগী ৱাহৈদা রাধা কৃষ্ণ সখী শিংঙক্লে ॥
মাগী মাগী মন্দিরদা রাধা কৃষ্ণ লেংথরে।
হৃদিদদি খৌরাংনা শয্যাদা চেপথরে ॥১০।

( মূল শ্লোকাবলীপদগী অনুবাদ )

সূত্রদো মাসিনি, মাসিগী শন্দোকপদো।
মরিশিংনা হাইজগে মীপুমহুবদো ॥
অহিংগী মমৈদা রাধা কৃষ্ণনা বৃন্দাবন্দা।
লৈগী শয্যাদা চেপ্‌থরে কুসুম কুঞ্জদা ॥
মুংঙাইনা চেপথরে রস আলসনা।
সনাগী নিলমনিগী মুক্তি অনিগুম্না ॥
সেবা পরা সখীশিংনা মতম খংদুনা।
মাগী মাগী সেবা থল্লি পুক্লিং হরাওনা ॥

নিশি অবসানে পখী জাগিয়া সকলে।
মূক হৈয়া রহে সবে নিজ নিজ স্থলে ॥
রাধাকৃষ্ণ জাগাইতে উৎকণ্ঠা অন্তরে।
বৃন্দা আজ্ঞা বিনা শব্দ করিতে না পারে ॥
তবে বৃন্দাদেবী আজ্ঞা দিলা সভাকারে।
ক্রীড়ার নিকুঞ্জ বেঢ়ি সবে শব্দ করে ॥১১-১২
দ্রাক্ষাবৃক্ষে শারী দাড়িম্বেতে কীর ॥
কোকিল কোকিলা ডাকে আম্রবৃক্ষে স্থির ॥
পিলুবৃক্ষে কপোতেরা কদম্বে ময়ুর।
লতাতে ভ্রমর গুঞ্জে ভূমে তাম্রচূড় ॥১৩॥
ভ্রমরের শব্দ যেন মদনের শঙ্খ।
ভ্রমরী ঝঙ্কতি রতি ঝল্লরী প্রবন্ধ ॥১৪॥
কুসুমিত কুঞ্জে শয্যা কুসুমে রচিত।
মকরন্দ লুব্ধ অলি ফিরে চারি ভিত ॥১৫

অহিংলোয়রবদা হৌরগা উচেকশিংনা।
মাগী মাগী মফমদা লৈ তুমিন্‌ তুমিন্না ॥
রাধা কৃষ্ণ হৌদোকপদো খৌরাংনরে।
বৃন্দাগী য়াথং নংতনা খোংবদি ঙমদরে ॥
মাহুদা বৃন্দাদেবীনা য়াথং পিরকলে।
নিকুঞ্জ মন্দিরদা কোইনা খোংনরক্লে ॥১১।১২।
আঙ্গুরদা শারীনা কবোইদা শুকনা।
হৈনৌথক্তা খোংই কোকিল লাব অমোম্না ॥
পিলু বৃক্ষদা লমথুম্ব কদমদা রাহোংনা।
উরীদা খোইমুনা খোংই থাদা লমমেন্না ॥১৩॥
খোইমুগী শব্দনা কামগী মোইবুং ওইরে।
ভ্রমরীগী খোন্না রতিগী ঝরী ওইরে ॥১৪॥
লৈশাংপা কুঞ্জদা লৈগী শয্যানা নিংথীরে।
লৈহি পাম্বা খোইমুনা মাইকৈ মরি কোইরে ॥১৫॥

পিকশ্রেণী গান যেন মদনের বীণা।
তার স্বর গান করে রস পরবীণা ॥১৬॥
কোকিলার গান রতি বিপঞ্চির ধ্বনি।
কোকিলের কাছে গায় মন মোহে শুনি ॥
আম্রের মুকুল খায়া স্পষ্ট কণ্ঠ হৈয়া।
গান করে রাধাকৃষ্ণ প্রবোধ লাগিয়া ॥১৭
কন্দর্প ব্যাঘ্রের সম কপোত ঘুৎকার।
লাজ মৃগি মান-বৃক ভাগে গোপিকার ॥
গোপীদের ধৈর্য্য ধর্ম্মচর্য্যা দূর করে।
ঐছন মধুর ধ্বনি কপোত আচরে ॥১৮॥
ময়ূর ময়ূরী কথা কহে রসময়।
কেকা কেকা শব্দে তাহা জিজ্ঞাসা করয় ॥
রাধা ধৈর্য্য ধরাধর কে চালন করে।
কৃষ্ণমত্ত করী বাঁধা কার প্রেমডোরে ॥

কৃষ্ণ বিনে অন্য কেহ নারে চালিবারে।
রাধাপ্রেম বাঁধা কৃষ্ণ এই উত্তর তরে ॥১৯
হ্রস্ব দীর্ঘ প্লুতোচ্চারে বেদধ্বনি পারা।
কুকু কুকু শব্দ ছলে বলে তাম্রচূড়া ॥ ২০॥
এইমত পক্ষীদের কোলাহল হৈতে।
জাগিলেন রাধাকৃষ্ণ দোঁহু অবিদিতে ॥
দৃঢ় আলিঙ্গন ভঙ্গে কাতর হইয়া।
কপট নিদ্রার ছলে রহিলা শুইয়া ॥২১॥
সুবর্ণ পিঞ্জরে আছে গৃহের শারিকা *।
অতি সুপণ্ডিতা সেই দয়িত. রাধিকা ॥
নিশা কেলি সাক্ষী সেইসব লীলা জানে।
কহিতে লাগিলা কিছু মধুর বচনে ॥২২ ॥

( গৃহ-শারিকার উক্তি )

জয় জয় কৃষ্ণচন্দ্র গোকুলের বন্ধু।

---

কোকিলগী শৈরেংনা কামগী বীনাগুম্নে।
বীনাগী স্বরনা চংথোম্না রস শক্লে ॥১৬॥
কোকিলাগী ঈশৈ রতিগী বিপঞ্চি ওইরে।
কোকিলগী নাক্তা পুক্নিং হুনা শকলুরে ॥
হৈনৌ ময়োন্ চাবনা চরম্ শেংলহুনা।
শকই রাধা কৃষ্ণ হৌননব ওইনা ॥১৭॥
লম্ খুন্নগী ঘু ঘুনা কামগী কৈওইরে।
গোপাগী লাজশজি মান কৈশাল কাইরে ॥
গোপীগী অত্তম্না ধর্ম্মতক থোকৃথরে।
পুক্নিংহুবা ধ্বনি লমথুম্নুনা তৌথরে ॥১৮॥
রাহোং লাব অমোম্না রসগী রাহৈ ডাংনৈ।
কেকা কেকা হাইনা মখোই মসেল সেল হংনৈ ॥
রাধাগী অত্তম্না চিং কননা লেংহল্লিবা।
কৃষ্ণগী পুক্নিং শামু কনাগী থৌরীনা পুল্লিবা ॥

কনাসু লেংহনব ঙমদে কৃষ্ণ নৎতনা।
রাধাগী প্রেম্না পুল্লি খুম্নব অসুম্না ॥১৯।
হ্রস্ব দীর্ঘ প্লুত ঙাংই বেদ ধ্বনিগুম্না।
কুকু-কুকু রাহৈ ওইনা থোংই লম্য়েম্না ॥
উচেকৃশিংগী নিন্ থোংবদগী অসুম্না
খংহন্দনা হৌরে রাধা কৃষ্ণ অনিনা ॥
অচেৎপা আলিঙ্গন কাইগনি রাবনা।
শয্যাদা চেপ্তুনা লৈ, তুমশিন্নরহুনা ॥২১॥
সনাগী পিঞ্জরাদা লৈ য়ুমগী শারিকানা *।
মাদো হৈ শিংই য়াম্না চানবি রাধিকানা ॥
অহিংগী লীলা উবনা লীলা খংই মানা।
থরদং হাইব হৌই ফজব রাহৈনা ॥২২॥

( য়ুমগী শারিকানা হাইবা )

হে গোকুল বন্ধো কৃষ্ণচন্দ্র জয় ওইরে।

---

* মঞ্জুভাষিনী কৌবী।

জয় বৃন্দাবন নাথ জয় রসসিন্ধু ॥
রতিভরে শ্রান্তা কান্তা জাগিয়া জাগাও।
শশিকল্প শয্যা ছাড়ি নিজ গৃহে যাও ॥২৩
উদয় হইল পূর্ব্ব দিকেতে অরুণ।
তরুনা নিচয়ে এই স্বতঃ অকরুণ ॥
অতএব যমুনার তট শয্যা হৈতে।
নিভৃতে উচিত নিজ গৃহেতে যাইতে ॥২৪
কমল বদনি ধনি তুয়া দোষ নাই।
নিশান্তে শয়ন অঙ্গালস ঘুচে নাই ॥
তোমার সুখের বৈরি অরুণ উদয়।
চন্দ্রাবলী সখী প্রায় মোর মনে লয় ॥২৫
রজনী গমন কৈল প্রভাত হইল।
সূর্য্যে মণ্ডল শীঘ্র উদয় করিল ॥
শীতল পল্লব শেযে শয়ন ছাড়িয়া।
স্বগৃহে শয়ন কর তৎকাল যাইয়া ॥২৬

( গৃহ শুকের উক্তি )

তবে কীররাজ আসি কৃষ্ণ জাগাইতে।
প্রগাঢ় গরিম প্রেম লাগিলা কহিতে ॥
বিচক্ষণ নাম তার বাক্য পটু তার।
সুদাগু প্রসন্ন পদ্যে বাক্য কহে দঢ় ॥
কৃষ্ণ প্রবোধন দক্ষ উদ্ভট বচনে।
অতি হৃষ্ট হন কৃষ্ণ সে কথা শ্রবণে ॥২৭ ॥
জয় জয় গোকুল মঙ্গল সর্ব্বমূল।
জয় ব্রজ রমনীর প্রাণ সমতুল ॥
জয় ব্রজাঙ্গনা ভৃঙ্গী কমল বিরাজ।
জয় জয় অচ্যুত আনন্দ ব্রজরাজ ॥
জয় জয় নতজন সকলের শন্দ।
জয় বৃন্দাবনচন্দ্র সর্ব্বরসকন্দ ॥ ২৮ ॥

---

হে রস সিন্ধো ব্রজনাথ জয় ওইরে ॥
রসনা রারবী প্রিয়াবু হৌদোক্ত না হৌহল্লো।
থাগুম্না চিক্লব শয্যা থাদোক্তুনা লেংলো ॥২৩॥
থোকলক্লে মুমিৎনা নোংপোক মাইকৈদা।
মাসে থৌজাল লৈতবনি তরুনী শিংদা ॥
অসিনা যমুনা মপান শয্যা থাদোক্লো।
থুপ্পা য়ুমদা চৎপনা মত্তিক ওকলে ॥২৪॥
নহাক্কী দোষ লৈত্তে হে শক্লাঙ্গ ওইবী।
থেনা চেপ্পনা হকচাং তনব কোক্কবী ॥
ইবেম্মগী য়েক্লবা মুমিৎনা থোকলক্লে।
চন্দ্রাবলী সখীগুম্না এনা মাবু থল্লে ॥২৫॥
অহিংগী মতম হৌখরে, নোংডালক্লে।
মুমিৎকী মকোইনা থুনা য়াংনা থোরক্লে ॥
ইংলবা পুষ্প শয্যাদা চেপ্পা থাদোক্তুনা।
মন্দিরদা চেপ্পুরো হৌজিমক লেংতুনা ॥২৬॥

( য়ুমগী শুকনা হাইবা )

কৃষ্ণ হৌদোকদবগী শুকপক্ষী লাক্লে।
চেৎনা অথোইব প্রেমদা হাইব হৌরে ॥
মমিং বিচক্ষণ কৌই রাজাংব হৈ শিংই।
অফোংব মুংডাইরব পদনা রা ডাংই ॥
অথোইব রাহৈনা কৃষ্ণবু হৌদোকই।
মাগী রা অহ্ন তাবদা কৃষ্ণনা মুংডাই ॥২৭॥
জয় ওইরে গোকুলগী মঙ্গল ওইবা।
ব্রজরমনীশিংগী প্রানগা মান্নরবা ॥
জয় ওইরে, গোপী ভৃঙ্গীগী থম্বাল ওইবা।
অচ্যুত ! জয় ওইরে, আনন্দগী অথোইবা ॥
জয় ওইরে, ভক্তগী মঙ্গল পীরিবা ॥
বৃন্দাবনগী থা রসগী মরূ ওইবা ॥২৮॥

ঘোষবাসিগণের তৃষিত নেত্র অলি।
সে অলিগণের তুমি কমল একলি॥
অতএব প্রভূত বিশিষ্ট লোকময়।
গোষ্ঠে যাও অভীষ্ট ত্যজহ এ সময়॥২৯॥
দেখ পূর্ব্বদিক হয় নায়িকা সমান।
সূর্য্যের মণ্ডল তার নায়ক প্রমাণ॥
তাহারে আগত দেখি লজ্জিত অন্তরে।
তৎকালে উরণী কৈল অরুণ অম্বরে॥
অতএব কুঞ্জনিদ্রা করি বিসর্জ্জন।
এখনি উঠহ ওহে কমল নয়ন।৩০॥
সূর্য্যের উদয়ে মনে চমৎকার পাঞা।
চন্দ্রের মণ্ডলে গেল বনিতা লইয়া॥
রজনী চলিয়া গেল তুমিও ত্বরিতে।
প্রিয়া সহ চলহ নদীর তট হৈতে॥৩১॥
চক্রবাকী এক নেত্রে চক্রবাকে ধরে।

ব্রজগী খোরাংবা মিংনা পোইমু ওইরে।
খোইমুশিং অহুগী থগাল ওইবিরে।
মরম অসিদগী তৌগখনা তিল্লবা।
গোষ্ঠদা চংলো থাদোকপিরো অপাম্বা॥২৯॥
য়েংউ নোংপোক্ মাইথৈনা নয়িকা ওইরে।
নুমিৎকী মকোক্টনা মগী নায়ক্ ওইরে॥
মাবু উবদা মাংদা মমুংদা ইকাইরে।
মাসিদা অঙাংবা আকাশনা কী ওইরে॥
মরম অসিনা কুঞ্জনিদ্রা থাদোক্লসি।
হে কৃষ্ণহৌজিক্মক্ অসি হৌগৎলসি॥৩০॥
নুমিৎ থোক্লকপদা ভগুকপা ফংহুনা।
থানা চংখরে রজনী প্রিয়া পুরহুনা॥
রজনী চংখরে ইবুঙোন্থ খর থুনা।
তোরবান্দগী লোংবিরো প্রিয়া লোইননা॥৩১॥
ঙানু থঙ্গোং অমোম্মা মীৎ নাম লাবদা থম্মে।

আর এক নেত্র ধরে অরুণ পাটলে॥
সূর্য্যের কিরণে পেঁচা তরুর কোটরে।
প্রবিষ্ট হইব বলি অনুবন্ধ করে॥
অতএব কৃষ্ণ কুঞ্জনিদ্রা তেয়াগিয়া।
ঘরেতে গমন কর কান্তারে লইয়া॥৩২॥

( কলবাক্ সুক্ষ্মধী শারীর উক্তি )

বৃন্দার পাঠিত শারী পদ্য কহে সার।
রাধিকাতে স্নেহবতী চাহে বার বার॥
কলবাক্ সুক্ষ্মধী নাম প্রেমোৎফুল্লতনু।
পটুবাক্ কহে অতি বেদধ্বনি যনু॥
জিহ্বারঙ্গভূমে বাণী নৃত্য করাইতে।
স্নেহমধু মত্ত হৈয়া লাগিলা কহিতে॥৩৩-৩৪
ব্রজপথে ব্রজবাসী যাবৎ না যায়।
তাবৎ রাধিকে ঘরে চলহ ত্বরায়॥৩৫॥
সুন্দর বদনি ত্যজ ত্বরিত শয়ন।

মমিৎ নামদা ঙাংঙ্বা আকাশদা থম্মে॥
নুমিৎকী মঙালদা মকুনা উথুং থীরক্লে।
চংলগে হাইহুনা খোরাং তোবা হৌরক্লে॥
অসিনা হেকৃষ্ণ কুঞ্জ নিদ্রা থাদোক্তুনা।
মন্দিরদা লেংশিল্লো প্রিয়া পুরহুনা॥৩২॥

( কলবাক সুক্ষ্মধী শারীগী ৱাহৈ )

বৃন্দানা তম্বিব পদনু শারীনা হাই।
নুংশীজরবী রাধাদা হন্না হন্না য়েংই॥
প্রেয়া শাংলবী কলবাক সুক্ষ্মধী কৌবীনা।
ঐহ শিংনা হাইরকই বেদধ্বনিগুম্না।
লৈনা রঙ্গ ভূমি ৱাঙৈনা জগোই ওইরে।
নুংশিব মধুনা ময়াই কানা হাইরে॥৩৩।৩৪।
ব্রজগী লম্বিদা ব্রজবাসি চৎত্রিঙৈদা।
হে রাধে থুন য়াংনা য়ৌবিহৌরো য়ুমদা॥৩৫।
শকহেনবা ফজবী চেম্মদো থাদোকপীরো।

তৎকাল গমন কর আপন ভবন ॥
উদয় পর্ব্বতে সূর্য্য গমন করিল।
দেখহ কিরণ তার উদয় হইল ॥ ৩৬ ॥
অলস নিকুঞ্জ ছাড়ি নিজগৃহে যাহ।
প্রাতঃকালোচিত কৃত্য করিবারে চাহ ॥
কৃষ্ণকে জাগাও রতি অলসিত অঙ্গ।
অতি শীঘ্র ত্যজ ধনি নিদ্রাসুখ রঙ্গ ॥৩৭॥
রাধাকৃষ্ণ জাগিলেন দুহো অগোচর।
দুহু দোহো ত্যাগ ইচ্ছা না হয় অন্তর ॥
রাইর নিতম্ব কৃষ্ণজানু সুযন্ত্রিত।
কৃষ্ণবক্ষে রাধিকার উরোজ অর্পিত ॥
কৃষ্ণ মুখচন্দ্রে রাই মুখচন্দ্র ধরে।
কৃষ্ণকণ্ঠ ধরে ভুজে কৃষ্ণ ভুজ শিরে ॥৩৮-৩৯
গোষ্ঠ গন্তু মনা কৃষ্ণ উৎকণ্ঠা তাহাতে।
রাই দৃঢ় আলিঙ্গন নারেন ছাড়িতে ॥

সঙ্গ ভঙ্গ কাতরেতে বিশৃঙ্খল মন।
কপট নিদ্রার ছলে করেন শয়ন ॥৪০॥

**( দক্ষ নামক শুকের উক্তি )**

দক্ষ নামে কীর কৃষ্ণলীলাদি রচয়।
লক্ষ লক্ষ শ্লোক পাঠে পণ্ডিত সে হয় ॥
প্রফুলিত পাখা কৃষ্ণপ্রেম রসানন্দে।
কহিতে লাগিলা তেহো নানা পদ্যছন্দে ॥৪১
যাবত জননি তব গৃহেতে জাগিয়া।
তব নিদ্রাভঙ্গ ভয়ে চকিত হইয়া ॥
উচ্চ শব্দ উৎপাদক দধির মন্থনে।
দাসীকে নিষেধ নাহি করেন যতনে ॥
তাবৎ নিভৃতে তুমি যাহ নিজ ঘরে।
সেখানে শয়ন কর আনন্দ অন্তরে ॥৪২॥
কালিন্দিকা আদি করি যত গাভীগণ।
সবেই করিছে তব পথ নিরীক্ষণ ॥

---

মন্দিরদা মতম চানা লেংশিনবিরো ॥
উদয় পর্ব্বত্তা সুমিৎনা চৎখৎলক্লে।
মীংয়েং তাবিয়ু মঙাল অসি ফাওরক্লে ॥৩৬॥
অতনবা, নিকুঞ্জ, থাদোক্কনা লেংবিরো।
নোংঙাল্লবগী মতিক চাবা ক্রিয়াশাংবিরো ॥
রসনা ওল্লব কৃষ্ণবু হৌগন্‌বিরো।
হে ধনি! চেপ্পগী নুংঙাইবা থাদোক্লো ॥৩৭।
রাধা কৃষ্ণ অনিমক্ থংনদনা হৌরে।
অনিমক্কী পুক্নিংদা থাদোকপা থন্দরে ॥
নিতম্ব বৃক্ষদা কৃষ্ণগী জাঙ্গলতানা য়েৎলে।
কৃষ্ণগী বক্ষদা রাই উরোজনা ঙাল্লে ॥
কৃষ্ণগী মুখচন্দ্রদা রাইমুখচন্দ্রনা।
কৃষ্ণগী কণ্ঠদা নিংথীরে রাই ভুজলতানা ॥৩৮।৩৯॥
কৃষ্ণনা গোষ্ঠদা চৎনিংবা থৌরাংব হৌরে।
শ্রীরাধাগী আল্লিংবনা লেংব ঙম্দরে ॥

সঙ্গভঙ্গগী রাবনা পুক্নিং ফাজিন্‌খরে।
তুমশিন্নহনা মরৈ তৌনা তুমখরে ॥৪০॥

**( দক্ষ কৌবা শুকগী রাহৈ )**

দক্ষ কৌব শুকদো কৃষ্ণগী লীলা শেমই।
হে শিংবনা শ্লোক লক্ষ লক্ষ পাঠ ঙম্‌ই ॥
মশা ফল্লে, কৃষ্ণ প্রেমগী নুংঙাইবদা।
হাইবা হৌরকই মানা পদ্যছন্দদা। ৪১॥
অহুপ্ ইমানা য়ুমদা হৌগৎলহনা।
তুম্বা কাইগনি কীবনা ভথরুহনা ॥
শক্লোম নৈবগী অকনবা মথোলবু।
থাম্‌দ্রিবৈগী মতমদা দাসীগনবু ॥
মতম্ অসিদা থুপ্পা লেংঙো য়ুমদা।
নুংঙাইনা চেপ্‌লুরো মকম্ অহুদা ॥৪২॥
কালিন্দিকানচিংবী শলবীগী মরুপনা।
ইবুঙোগী লম্বি য়েংনরে পুম্নমকনা ॥

স্তব্ধকর্ণে ঊর্দ্ধমুখে স্তন দুগ্ধ ভরে।
পীড়া পায় তবু বৎস আহ্বান না করে॥
তুমি গেলে তা সবার দুঃখ যায় দূর।
তৃষ্ণার্ত্ত বাছুরে তবে পিয়ে দুগ্ধ পূর ॥৪৩॥
প্রাতঃকৃত্য করি দেবী পৌর্ণমাসী সুখে।
মিলিতে না যান যবে তব জননিকে॥
তোমাকে দেখিতে যাবৎ তোমার মন্দিরে।
প্রবিষ্ট না হন তাবৎ যাহ নিজ ঘরে ॥৪৪॥
কীর বাক্য শুনি গোষ্ঠ গমনে সত্বর।
উঠিলেন শয্যা হৈতে শ্যামল সুন্দর॥৪৫॥
অল্পে অল্পে প্রিয়া অঙ্গ হৈতে অঙ্গ লৈয়া।
দেখেন প্রিয়াঙ্গ শোভা শয্যাতে বসিয়া॥
পূর্ব্বেই জাগিয়াছেন সব সখীগণ।
বৃন্দা সহ দিয়া কুঞ্জ রন্ধ্রেতে আনন॥

প্রাতঃকাল হৈল জানি সশঙ্কিত হিয়া।
দেখেন দোহার শোভা নয়ন ভরিয়া॥৪৬॥
রাধিকার রতি ভরোদ্ধতা কলাপিনী।
সুন্দরী সে নাম এক ময়ুর রমনী॥
ময়ূরের সঙ্গ ছাড়ি তথায় আইল।
রতি মন্দিরাঙ্গনেতে আসিয়া রহিল॥৪৭॥
কদম্বের তরু হৈতে ময়ুর নামিল।
তাণ্ডবিক নাম তার নাচিতে লাগিল ॥৪৮
কৃষ্ণেতে তাহার প্রেম কহন না যায়।
কৃষ্ণবর্ণ দেখি নাচে সানন্দ হিয়ায়॥
রঙ্গিনা হরিণী নাম রাই সহচরী।
কুঞ্জ দ্বারে আসি নিজপতি পরিহরি॥
চঞ্চল নয়নে দেখে দুহু মুখ শোভা।
মাধুর্য্য দেখিয়া বাঢ়ে হৃদয়ের লোভা ॥৪৯

---

মনা, মমাই, থাংগৎলে মখোম নংথরে।
রারব ফাওবা মচাবু কৌশিনদরে॥
ইবুঙোন লেংলগা অরাবা কোকৃকনি।
খোরাংবা শনাওনা শঙোম থক্‌কনি ॥৪৩॥
প্রাতঃক্রিয়া তৌরগা পোর্ণমাসা দেবীনা।
নাক্তিংদৈদা জনমি উনগে হায়দুনা॥
নহাকপু উনগে হায়দুনা মন্দিরদা।
চংলাক্‌তৈ মতম্‌দা লেংঙো মন্দিরদা॥৪৪॥
শুকপী রা ত.বদা গৃহদা লেংগে হায়রনা।
থুনমক্‌ শয্যাদগী লেংখৎলে কৃষ্ণনা ॥৪৫॥
খজিক্‌ খজিক্‌ প্রিয়াগী অঙ্গ থাদোক্‌না।
প্রিয়াগী নিংথীব য়েংই শয্যাদা ফমদুনা॥
অহানবদা সখীশিংনা হৌগৎলদুনা।
কুঞ্জগী দ্বারদা য়েংই বৃন্দাগা লোইননা॥

নোংঙাল্লে খংলদুনা পুক্নিংদা চিংননা।
যেকৈ অনিমক্কী নিংথীবদো মমিং থল্লা ॥৪৬॥
রাহোং অমোম্‌ রাধাগী প্রেমা ভাওরবী।
রাহোং অমগী রমনী মমিং সুন্দরী কৌবী॥
রাহোং লাবা থম্নমদুনা লাক্লে কুঞ্জদা।
লাক্লুনা লৈরে লালা কুঞ্জগী প্রাঙ্গনদা ॥৪৭॥
কদম থক্কগী রাহোং লাবা কুমকলে।
তাণ্ডবিক কৌবদুনা জগোই শাররে। ৪৮॥
কৃষ্ণদা লৈজব প্রেম হায়ব ঙম্মোই।
কৃষ্ণ বর্ণ য়েং মুংঙাইনা জগোই শাই॥
রধাগী লোইনবা শজি রঙ্গিনী কৌবী।
কুঞ্জগী থোংদা লাক্লে পতি থাদোক্লবী॥
অনিমক্কী ফজবা মমিং তথক্না য়েংলে।
ফজব উদুনা পামজব চাওখৎলে ॥৪৯।

সুরঙ্গ হরিণ নাম কৃষ্ণপ্রাণ যার।
কুঞ্জ দ্বারে দেখে কৃষ্ণ মাধুর্য্যের সার ‖ ৫০
তবে সখীগণ দেখি দুহুকো সুষমা।
অন্যোন্যে কহে কথা মাধুরী ঘটনা ॥

( দীর্ঘ ত্রিপদী )

তবে কৃষ্ণ উঠি বসি মন্দ মন্দ হাসি
নিজ বাহু প্রসারি যতনে।
রাইকে আনিয়া কোলে আঁখিভরে হর্ষজলে
মাধুরী হেরেন দুনয়নে ‖
ছলে রাই নিদ্র যায় আঁখি মেলি নাহি চায়
রতিভরে ক্ষীণ কলেবর।
কৃষ্ণ নিরখয়ে শোভা সঘন নয়ন লোভা
মাধুরীতে সাধে বহুতর ॥৫১॥
প্রভাত কমল সম মুখপদ্ম মনোরম
তাতে চক্ষুখঞ্জন যুগল।
তাহাতে ঘূর্ণায়মান রসের অলস কাম
অলিকে অলকা ভৃঙ্গ চল।
কৃষ্ণচন্দ্র তাহা দেখি দিয়া আপনার আঁখি
ভ্রমর যুগল মত্তরাজ।
পান করি মুখশোভা মকরন্দ মনলোভা
অতিশয় তৃষ্ণায় বিরাজ ॥৫২॥
তবে রাই উঠি বসি দুই বাহু পরকাশি
অঙ্গুলি মোটনে অঙ্গ মোড়ে।
বদনে উঠয়ে হাই দশন কিরণে ছাই
হেরেন শ্রীকৃষ্ণ হর্ষভরে ॥৫৩॥
তবে পুনঃ কৃষ্ণচন্দ্র হাসি মৃদু মন্দ মন্দ
রাই লয়া আপনার কোলে।
উত্তান শয়নে রাখি হেরি শোভা দিয়া আঁখি
নিমগণ আনন্দ হিল্লোলে ॥

কৃষ্ণনা প্রাণ ওইবা সুরঙ্গ শজিদো।
কুঞ্জগী খে'দা য়েঙ্কৈ কৃষ্ণগী মাধুর্য্যদো ॥৫০॥
সখীশিং অনিমক্কী ফজববু য়েংনৈ।
ফজবা থারক্নুনা মচৈ মচৈ হায়নৈ ॥

( দীর্ঘ ত্রিপদী )

হৌগৎলক্তুনা কৃষ্ণনা, নোক্‌ই তপ্পা মোমোন্না।
পাম্বোম্ অনি িত খোরকপে।
রাধাবু কুলদা থম্ম, জলনা নয়ন থল্লে,
নেত্র অনিনা ফজবা য়েংলে।
রাধানা তুমশিন্নরে, নয়ন্ অনি পাংদরে,
অথোইব রতিনা মং তরে।
কৃষ্ণনা য়েংই নিংথৌব, ফুইনা নয়ন্ন পাম্ব,
থোইদোক্না ফজবদা পেলে ॥৫১॥
অয়ুক্কী থম্বালগুম্বা, মুখপদ্ম পু রুং হুবা
মিংনা খঞ্জাচাক্ অনি ওই।
মাতুদা দ হৎপক্নুনা, রসগী অতনবনা,
লাইবক্তা শম্না খোইমু ওই ॥
মাতুবু য়েংই কৃষ্ণনা, মহাক্কী নেত্র অনিনা
ময়াই কাব খোইমু ওইনা।
থক্‌ই মুখ ফজবা, নৈহি ওইনা অপাম্বা,
থোরাংই থোইনা হেন্দোক্না ॥৫২॥
মাতুদা ফম্মে রাধানা, পাম্বোম্ অনি ফোংদোক্না,
ভিংলি য়াংলি খুদোন থেক্নুনা।
মুখদা হাকম চল্লি, য়াগী মঙালনা ভাল্লি,
কৃষ্ণনা য়েংই হরাওনা ॥৫৩॥
মতম অহুদা কৃষ্ণনা, নোক্‌ই তপ্পা মোমোন্না,
রাধাবু কুলদা থমদুনা।
উত্তান শয়ন ওইনা, ফজব য়েংই নয়ন্না,
ওই সুখতরঙ্গদা লুপ্পনা ॥

রাই মিথ্যা করি কান্দে হাসে মৃদু মন্দ ছান্দে
বেণী অর্দ্ধ অগ্রভাগে খসে ।
বিমর্দ্দিত ফুলমালা চন্দন কুঙ্কুম ধুলা
মণিহার ছিড়ি রহে অংসে ॥
অলসে ঘূর্ণিত আঁখি ক্ষণে মেলে মুদে দেখি
দেখে কৃষ্ণবদন সুষমা ।
কেলিশ্রান্ত রাই অঙ্গে নিরখি লাবনি ভঙ্গে
কৃষ্ণ আঁখি নাহি দেয় ক্ষমা ।।৫৪।।
স্বর্ণপদ্ম জিনি অঙ্গ আছে কৃষ্ণ অঙ্গ সঙ্গ
সুরত আলস ভেল তায় ।
নবীন তমাল জিনি কৃষ্ণ অঙ্গ সুলাবনি
তাহে রাই স্বর্ণলতা প্রায় ॥
দামিনী জলদে যদি স্থির রহে নিরবধি
তবে রাধাকৃষ্ণের সুষমা।
বেকত করিয়া কহি আর অন্য স্থান নাহি
দেখাইয়া কহিতে উপমা ।।৫৫।।

( শ্রীরাধার কৃষ্ণমুখ দর্শনানন্দের বর্ণনা )

মকর কুণ্ডল দোলে কৃষ্ণের শ্রবণ মুলে
ঢল ঢল অঙ্গের লাবনি ।
মুখে মৃদু মন্দ হাসি উগরে অমিয়া রাশি
মদালসে নয়ন শোহনি ॥
ললাটে অলকা লোল যেন ভৃঙ্গ পাঁতি দোল
মুখপদ্ম শোভা মধুপানে ।।৫৬।।
মুখ স্বদশন ক্ষত অঞ্জনে মলিন মত
ওষ্ঠাধর ভৈগেল চুম্বনে ।
এইরূপ কৃষ্ণমুখ দেখি ধনি পাঞা সুখ
পুনঃ বিলসিতে লুব্ধা হৈলা ।
নয়নে নয়নে দোঁহু অবলোকি লহু লহু
লাজে নেত্র কুঞ্চিত করিলা ॥

---

কপ্‌শিন্নে রাধানা, নোকৃই তপ্পা মোমোন্ন',
বেণীগী মতোনদি নাম্থোক্লে ।
অত্তোইব লৈ পরেংনা, চন্দন কুঙ্কুম মকুপ্পা
তৎলব মালানা লেংবান্দা লৈ ।।
মিৎলংহৎলে তনবনা, পাংই, উই, ক্ষণ অমনা,
য়েংই কৃষ্ণগী ফজরিবদো ।
য়ারবী রাধাগী অঙ্গবু, য়েংই ফজবা ভঙ্গিবু,
খাম্বা ঙমদ্রে কৃষ্ণগী মীৎতো ।।৫৪।।
অঙ্গনা স্বর্ণপদ্ম হেল্লে, শ্রীকৃষ্ণগা লোইনরি,
শৃঙ্গারনা অত্তনব ওই ।
অনৌব তমাল হেল্লে, কৃষ্ণগী হকচাং ফজরে,
রাধানা সনাগী উরী ওই ।।
নোংদা নোংথাংনা লেংদবা, ইতৎতত্তনা লৈরবা
রাধা কৃষ্ণগী ফজরিবদো
হাইগনি ফোংদোক্লু না, লৈতে মফম অমনা,
উহনগদব উপমাদো ।।

( শ্রীরাধাগী কৃষ্ণগী মায়থোং
য়েংবা নুংঙাইবা )

কুণ্ডলনা হাইবদা, কৃষ্ণগী নাগী মখোংদা,
অঙ্গলাবনিনা ইথক হৌরে ।
মোমোন নোকপ মীনোক্লা, ফোংলে অমৃত মপৈ
মদালসনা মীৎতা নিংথীরে ।।
লাইবক্তা শম্না হাইরে, খোইমুগী পরেংগুম্নে,
মুখপদ্মগী অমৃত থক্লে ।।৫৬।
মাগী দন্তচিহ্ন লৈবা, কাজলনা মকশিল্লবা,
চুম্বম্না চিনবানচু সংলে ।।
কৃষ্ণগী মায়থোং অদুম্না, উবদা নুংঙাই রাধানা
হন্না শান্নববু পামখরে ।
মীৎকা মীৎকা অনিমক্লা, য়েংনরগা তপ্না তপ্না
ইকাইবনা মীৎ থুপচিল্লে ।।

তাহাতে ঈষত হাসি দেখি রাই মুখশশী
গোবিন্দের অতি তৃষ্ণা ভেল।
পুনঃ বিলাসের লাগি মনে মনমথ জাগি
দেখ তাহা আরম্ভ হইল ॥৫৭॥
নিজ বাম হস্ততলে ধরি রাই বেণী মূলে
চিবুক ধরিয়ে অন্য করে।
হাস্যময় গণ্ডশোভা দেখি কৃষ্ণ মনলোভা
হাসি হাসি চুম্বেন কপোলে।।৫৮।
কৃষ্ণাধর সুপরশ কেবল অমিয়া রস
পাইয়া আনন্দসিন্ধু মাঝে।
মগন হৈলা ধনি ঢুলান সঘনে পাণি
অল্প কুঞ্চিত চক্ষু লাজে॥
নহি নহি কহে ধনি আনন্দে গদ্ গদ বাণী
মুচকি মুচকি হাসি তায়।
দেখিয়া সখীর আঁখি হইল পরম সুখী
এ যদুনন্দন দাসে গায় ॥৫৯।

( সখীগণের কুঞ্জে প্রবেশ )

দুরন্ত প্রভাত ভয়ে যত সখীগণ।
প্রবিষ্ট হৈল কুঞ্জে সহাস্য বদন॥
একে অন্যে কহে তুমি আগে চল মাঝে।
এইরূপ বলি হাসি হাসাবার কাজে॥
একত্রে রহেন দুহু রসের বিলাসে।
হেনই সময়ে সবে তথা প্রবেশে। ৬০॥
সখীদের হাস্য দেখি রাধা সুধামুখী।
চঞ্চল নয়না হৈলা কৃষ্ণ ইহা দেখি॥
দ্বিগুণ হইলা সুখী রাই বিনোদিনী।
কৃষ্ণ উরুযুগ হৈতে উঠিয়া তখনি॥

( রূপ বর্ণনা )

সম্ভ্রমে উঠিয়া ধনি পীতবাস লৈয়া।

মাহুদা মোমোন নোকপা মাইখোং থা উরুবা
কৃষ্ণগী খোরাংবনা ওইরে।
শান্নববু অমুক হন্না, খল্লি অনঙ্গ ভাবনা
হৌরকলে মাহুমক হৌরকলে ।।৫৭।।
মহাক্কী ওইগী খুৎনা বেনীবু পাইরত্নুনা
খেৎখা খদাংবু ধারন ওইরে।
হাস্যগণ্ড নিংথিববু উবদা ওই পাম্ববু
নোক্না নোক্না চুম্বন ওইরে।
কৃষ্ণাধর শোকপনা ওই অমৃত রসনা
মুতাইদ সমুদ্রদা লুপলে।
রাধাগী হস্তনা হাইরকই তোইনা
ইকাইবনা মীৎচি থুপলে ॥
নহি নহি হায়বনা রাধাগী অহিকপারানা
হাইরগ নোকপনা ওই।
উরগা সখীগী মিৎনা, ওইরে মুত্তাইবনা
যদুনন্দন দাসনা শকই ।।৫৯।।

( সখীশিংনা কুঞ্জদা চংলকপা )

ফৎত্রবা নোংভানবা কিদনা সখীশিংনা।
চংশিললক্নে কুঞ্জদা মোমোন নোক্না ॥
"নং মাংদা চংলু" অমনা অমদা হায়নৈ।
নোক্নবগী দমক অমুম্না হায়নৈ॥
অনিনা লৈরিবা মফম অমতদা।
সখী ময়াম চংলক্নে মতম অদুদা॥ ৬০॥
সখীশিংগী মীনোক উবদা শ্রীরাধানা।
নয়ন তথক্নে মাহু উবদা কৃষ্ণনা॥
শরুক্ অনি হেন্না মুত্তাইব ওইরে।
শ্রীরাধানা কৃষ্ণগী খুউদগী হোৌগৎলে ।।৬১।।

( রূপ থাবা )

শ্রীরাধানা সনা ফিগে লোদনা হোৌগৎলি।

পাক ভেদে নানা মিষ্টান্নের সম ॥৮২
কৃষ্ণের সৎকীর্ত্তিরূপা বিদগ্ধা নর্ত্তকী।
রাধা কণ্ঠালয়ে রহে প্রবেশি অলখি ॥
তার সূক্ষ্মারুণের সাড়ী রসনার ছলে।
প্রকটিত করে সদা আপন আঁচলে ॥
শ্রীকৃষ্ণের নাম আরতদীয় সুকীর্ত্তি।
এই দুই নিত্য নব যুবক যুবতী ॥
সদা দোলিবার লাগি রচিল বিধাতা।
রাধা জিহ্বা হিন্দোলা অরুণ বস্ত্রান্বিতা॥৮৪
রাধিকার কথা নর্ম্ম প্রহেলিকাময়।
সুধার সাগরে যেন তরঙ্গ বহয় ॥
শব্দ অর্থ দুই শক্তি করয় বিস্তার।
রস অলঙ্কার বস্তু ধ্বনি পরচার ॥
ধ্বনিকণা ভৃঙ্গভৃঙ্গী পিকী পিকগণে।
সতত শিখায় কৃষ্ণকর্ণ রসায়নে ॥৮৫
শ্রীরাধার বাক্যাবলি রসাল নিশ্চয়।
তেই তাহে শ্রীকৃষ্ণের পিয়াশা নাশয় ॥
প্রেম ঘৃতরূপ নর্ম্ম সীতাবলী তাতে।
রসালাপ মধু স্মিত কর্পূর সহিতে ॥
মিথ্যা ঈর্ষ্যা তাহাতে মরিচ সম ভায়।
শীতল সুতৃপ্ত করে এই রসালায় ॥ ৮৬
সন্মুখে এই কি সুধানদী অনুপাম।
কৃষ্ণ চিত্ত হংস যাতে খেলে অবিরাম ॥
অথবা কি চান্দের কিরণ সুধা হয়।
কৃষ্ণাক্ষি চকোরী যুগলের পরাশ্রয় ॥
কিম্বা সুধাময় শ্বেত মেঘাবলী ইহা।
কৃষ্ণতনু চাতকীর প্রাণরূপ যাহা ॥
তাতো নয় এ যে আমাদের রাধিকার।

---

মথোং তোপ্পা অহাও অথুমগা মান্নবা।৮২।
কৃষ্ণগী মিংচৎ হৈশিংলবী জগোই শাবীনা।
রাধাগী কণ্ঠদা লৈ, উহন্দনা চংলদনা।
মোল্লবা সাড়ী অভাংবনা লৈ, শারদনা।
ফোংলি, মতম খিবিক্তা মাগীফিজিসিনা ।৮৩।
কৃষ্ণগী নাম অমদি মহাক্কী মিংচৎনে।
ইনোদ নৌবা অনিসি যুবতী যুবানে ॥
তৎতনা হাইনবগী শেমই ব্রহ্মানা।
শ্রীরাধাগী লৈ, হিন্দোলাবু অভাংবা ফীনা।৮৪।
রাধাগী ৱাহৈ অথুপ্পনা, প্রহেলিকানা।
অমৃতগী সমুদ্রদা ইথকৃকাবগুম্না ॥
খোম্থোক অর্থ শক্তি অনিনা শন্দোকই।
রস, অলঙ্কার, বস্তু, ধ্বনি সন্দোকই ॥
খোইমু, কোকিল লাব অমোমদা ধ্বনিনা।
কৃষ্ণগী নাকোং পেন্নবা তম্বিরে তত্তনা।৮৫।
শ্রীরাধাগী ৱাহৈ পরেং রসালামকনি।
মাহুদা কৃষ্ণগী খৌরাংবা মাংহন্নিবনি ॥
মাহুদা প্রেম্‌গী ঘী পরিহাসনা মিশ্রিনি।
রসালাপপ্পা মধু নোকপনা কর্পূরনি ॥
শাওসিন্নবনা গুলমরিচ ওইরে।
রসালা অসিনা ইংবা পেনববু তোরে।৮৬।
মাদো ৱাসি করিনো, অমৃতগী তুরেল্লা।
কৃষ্ণগী পুক্নিং কাংশনা তত্তনা শান্নবহুরা ॥
অমদি থাগী মঙাল অমৃত অহুরা।
কৃষ্ণগী মিৎ নোংমিল অনিগী চংনকম্না ॥
করিনো অঙৌবা নোংবী পরেংলা মাসিনা।
কৃষ্ণগী হকচাং নোংগৌবী হিংনবম্না মানা ॥
মাহু নৎত্রবদি ঐখোইগী রাধানি মাসে।

সুখময় স্মিত সুধা তরঙ্গ বিস্তার ॥৮৬
শ্রীকৃষ্ণের গুণ ততি কল্প লতাচয়।
রাধার হৃদয়োদ্যানে সদা বিরাজয় ॥
সে লতায় প্রস্ফুটিত বহু পুষ্পচয়।
রাধিকার হাস্যছলে বাহিরে খসয় ॥ ৮৮
রাধামুখ সুধার অক্ষয় সরোবর।
তাহা হৈতে বহে পঞ্চনদী ক্রম পর ॥
বাক্য হাস্য গন্ধ সুপঞ্চম স্বর গীত।
সুধানদীরূপে কৃষ্ণার্ণবেতে ধাবিত ॥ ৮৯
রাইমুখ সুমেরু শিখর পরাজিয়া।
পঞ্চ সুধা সুরধুনী বাহির করিয়া ॥
বিরাজিত স্মিতসুধা গানামৃত আর।
গন্ধসুধা বাক্যসুধা স্বর সুধাধার ॥
কৃষ্ণরূপ সুধার সাগরে মিলিবারে।
তাহা হতে নিকসিয়া চলে বেগভরে ॥৯০
কৃষ্ণ আখি পথিকের সুযাত্রা কারণ।
বিধি কৈল রাই মুখপদ্মের সৃজন ॥
নয়ন খঞ্জন দুই তার মাঝে দিল।
লোল বলি নাসা হেম দণ্ডেতে বাঁধিল ॥ ৯১
কৃষ্ণ আখি চকোরের প্রীতির লাগিয়া।
রাই মুখচন্দ্র বিধি কৈল হর্ষ হৈয়া ॥
নয়ন হরিন তাহে চঞ্চল বলিয়া।
রুদ্ধ কৈল দুইদিকে কর্ণপাশ দিয়া ॥ ৯২
না না রাই মুখোপমা চন্দ্র কভু নয়।
সকলঙ্ক ক্ষয়ি চন্দ্র দিনে ম্লান হয় ॥
চন্দ্র পদাঘাতে পদ্ম বিমলিন যথা।
রাইমুখে গগন চান্দের দশা তথা ॥
সদা পূর্ণ মণ্ডল নির্ম্মল মনোরম।

হুংডাইবা মীনোক্না অমৃত ইথক হৌবসে।৮৭।
কৃষ্ণগী গুণ মপৈনা কল্পলতা ওইরে।
রাধাগী হৃদি বনদা ভংতনা ডাললে ॥
লতা অদুগা, লৈ ময়াম্না নিংথীনা শাংলে।
রাধাগী নোকপা ওইনা মপালদা কেল্লে।৮৮।
রাধাগী মায়থোং অমৃতগী পুখ্রি ওইরে।
মাত্তোন্দগী তুরেল মঙা চেন্থরকলে ॥
রাহৈ, মিনোক, মনম, পঞ্চমস্বর, ইশৈ।
সুধানদী ওইনা কৃষ্ণ সমুদ্রদা চেন্থৈ ॥
রাধাগী মায়থোংনা সুজিং মত্তোন হেল্লা।
অমৃতগী গঙ্গা মঙাবু পুথোক্লুনা ॥
ভাল্লি, নোকপা অমৃতনে, ইশৈ অমৃতনে।
মনম, রাহৈ, স্বর, অমৃত অদুমনে ॥
তানবা কৃষ্ণগী শক সুধা সমুদ্রদা।
মুখদগী থোক্লুনা য়াংনা চেল্লকপদা ॥৯০।
কৃষ্ণগী মিৎ লম্থি চৎপগী মঙ্গল কনবা।
ব্রহ্মানা তৌই, রাধাগী মুখপদ্ম শেম্বা।
মিৎ খমদ্রাংচাক অনি ময়াইদা হাপ্লি।
য়াংই হাইদনা নাত্তোন দণ্ডদা পুল্লি ॥৯১।
কৃষ্ণগী মিৎ নোংম্বিনগী পেম্নবা ওইনা।
রাধাগী মুখচন্দ্রবু শেম্বনি ব্রহ্মানা ॥
মাদুদা মিৎ শজিসি য়াংমল্লি হাইদুনা।
খিংববু তৌরে, নাক অনিদা নাকোং থৌরীনা ॥৯২
নৎত্তে, রাধাগী মুখউপমা থা ওইরোই।
থাদি মাইহিং কাই, মাংই, হুংথিল মকই ॥
থানা কাওবদা থম্বাল মকপগুম্না।
রাধাগী মুখদা থানা দশা ওই অদুম্না ॥
তত্তনা মপুং ফাই, অমকপা লৈতরে।

রাইমুখ সুধাকর অতি অনুপম ॥ ৯৩
সুবর্ণ দর্পণজয়ী রাই গণ্ডদ্বয় ।
সুবর্ণ ভূমে লাবণ্য সরসী সম হয় ॥
সরসীর সব সুষমায় বিরাজিতা ।
সুবর্ণ তাড়ঙ্ক পদ্মকলি সুনিশ্চিত ॥
সুন্দর শৈবাল তাহে কস্তুরীর চিত্র ।
মকর কুণ্ডলদ্বয় মকরী বিচিত্র ॥
কৃষ্ণের মনের তৃষ্ণা সকল হরয় ।
অতএব রাইগণ্ড সরোবর হয় ॥৯৪
লাবণ্যের সরোবর রাধার বদন ।
তাহে ইন্দীবর দুই প্রফুল্ল নয়ন ॥
কৃষ্ণের নয়ন ভৃঙ্গযুগে পোষিবারে ।
বিধি গড়িয়াছে অতি সন্তোষেয় ভরে ॥
পূর্ণচন্দ্র দুই গণ্ড দিয়েছে দুধারে ।

কিরণেতে ইন্দীবর ফুল্ল রাখিবারে ॥৯৫
রাধার ললাটরূপ পিঞ্জর ভিতরে ।
কীররাজ রহে তনু আবরণ করে ॥
বিম্বাধর দেখি তৃষ্ণা তাহার বাড়িল ।
নাসা ছলে চঞ্চু তাই বাহির করিল ॥
ইহার নাসিকা অদভুত কাম বান ।
মুক্তাফল তাহার আগেতে বিদ্যমান ॥
লোল ভ্রূধনুর যোগে কাটে ধৈর্য্য বর্ম্ম ।
তবু অলক্ষেতে গিয়া বিন্ধে কৃষ্ণ মর্ম্ম ॥৯৭
রাধিকার নাসা তিল কুসুমের তুল ।
মদন ব্যাধের সুবিচিত্র মহা গুণ ॥
অধোমুখ তূণস্থিত স্মিতরূপ বান ।
কৃষ্ণ চিত্তরূপ মৃগে করে সে সন্ধান ॥ ৯৮
রাধিকার নাসাস্থিত মুক্তার বরণ ।

---

রাধাগী মায়খোং থা চাংদম লৈতরে ॥৯৩।
সনাগী মিংসেল রাধাগী চাইরুংনা হেন্নে ।
মিজিংগী মতোন্দা নিংথীবা পুখ্রিগুমলে ॥
পুখ্রিগী নিংথীবা পুম্নমক্কা ঙাল্লবনি ।
সনাগী তাড়ঙ্কনা থম্বাল অপোম্বনি ॥
কস্তুরীগী নিংথীবা চিত্রনা ইশং ওইরে ।
মকর কুণ্ডল অনিনা ঙানিংথৌ ওইরে ॥
কৃষ্ণগী পুক্নিংগী থৌরাংবা ঙম্না মাংহল্লে ।
অসিনা রাধাগী চাইরুং পুখ্রি ওইরে ॥ ৯৪।
রাধাগী মায়থোংনা লাবণ্যগী পুখ্রিনি ।
নয়ন অনিনা থরো অশংবা শাংপনি ॥
কৃষ্ণগী মিং থোইমু য়োক্লবগীদমক ।
বিধিনা শেম্নবনি পেন্নবগীদমক ॥
নাক অনিদা চাইরুং থা অনি থম্মলে ।

থরো অশংবা ঙাক্লবা, মঙালনা শাংলে ॥ ৯৫
রাধাগী লাইবক পেঞ্জু মগী মনুংদা ।
মশাবু থনজিন্দুনা তেনরা লৈবদা ॥
বিম্বাধর উবদা থৌরাংবা চাওখংলে ।
নাতোল ওইনা মচিল পুথোরকলে ॥ ৯৬।
নাতোল অসি ওয়্থোকপা কামগী তেন্নি ।
মহাক্কী মমাংদা লৈ, মুক্তাগী মতুমনা ॥
পিগুম লিরুংদা থোং অতপ্পা ফুরিং কক্লে ।
উহৌদনা কৃষ্ণগী থমোইদা থাক্লরে ॥৯৭।
রাধাগী নাতোল থোইদিং মপালগুমই ।
কাম ব্যাধগী অথোইবা গুণ ওয়্থোকই ॥
তেন্দোংনা লুকৈথে, মোমোননোকপনা তেন ।
কৃষ্ণগী পুক্নিং শজিদা তৌরিএ সন্ধান্না ॥৯৮।
রাধাগী নাতোলদা লৈবা মুক্তা মচুনা ।

গুঞ্জা সম রক্ত কৃষ্ণ হৈল কি কারণ।
নেত্রাঞ্জনাধর রাগে এইরূপ হয় ॥
অরসজ্ঞ কবি সবে ঐছন কহয়।
আমায় মতেতে শুন তাহার কারণ ॥
কৃষ্ণ অনুরাগ আর কৃষ্ণের বরণ।
রাধা হৃদি হৈতে নিশ্বাসেতে বাহিরয় ॥
তাতে রক্ত কৃষ্ণবর্ণ মুকুতাতে হয় ॥৯৯
সর্ব্ব মাধুরীর সারে রাধার নয়ন।
গড়িতে লাগিল ধাতা করিয়া যতন ॥
সেইকালে পৃথিবীতে পড়িল যে লেশ।
তাহাতে গড়িল সৃষ্টিসার সবিশেষ ॥
ভ্রমর চকোর মৃগী অম্ভোজ উৎপল।
সফরীকাদির সৃষ্টি তাহাতে সকল ॥১০০
নবীন পদ্মের গর্ব্ব যে করে ভঞ্জন।
সফরীর লীলাগতি করয়ে মর্দ্দন।
অচ্যুত রঞ্জন অঞ্জলিত তব আঁখি।
খঞ্জন রয়েছে আজি শুনহ সুমুখি ॥১০১
কৃষ্ণকর্ণে নটরূপ মকর কুণ্ডল।
তাদের বিবাহ লাগি বিধাতার ছল ॥
রাধার বদনসুধা সরসীর জলে।
নয়ন মকরী দিল নৃত্যশিক্ষা ছলে ॥
চঞ্চল চরিত দেখি পলায়ন ভয়ে।
রক্ষণ করিল কর্ণরূপ জাল দিয়ে ॥
রাই নেত্রপদ্মে তারা অলি প্রজাপতি।
প্রজারূপে উপজায় মনোসাধ অতি ॥
কটাক্ষের ধারারূপে সেই প্রজাগণ।
জনমিয়া করিতেছে বাহিরে গমন ॥১০৩
বাঁকা ভুরু অপরাজিতার লতা হয়।

গুঞ্জা গুম্না ঙাংই, মুরিব কৰি মরম্না ॥
মিংকী কাজ্জল চিম্বালগী মচুনা ওই ; *
রস খংদবা কবিশিংনা অসুম্না হাই ॥
ঙাবিয়ু ঐগী হাইনিংবা মরমচুনে ।
কৃষ্ণ অনুরাগনে কৃষ্ণগী মচুহুনে ॥
রাধাগী হৃদিদগী স্বরনা হোন্দোকই ।
অদুনা ঙাংবা মুবা মচু মুক্তাদা ওই ॥৯৯।
রাধাগী মিংপু ফজবা পুন্নমকী মচিনা ।
যতন তৌনা শেম্বা হৌরে, ব্রহ্মানা ॥
মতম অদুদা পৃথীদা তাবা মরিক্কা ।
সৃষ্টিগী মচি ওইবমথৈ শেম্নে মাহুনা ॥
খোইমু, নোংরিন, সজি, খম্বাল, থরোবু ।
মাহুনা ওম্না শেমই, ওখানচিংববু ॥১০০।
অনৌবা থম্বালগী নাপল মাংহনলে ।
ওখাগী ফজবা মচং নৈহংপবু তৌরে ॥
কৃষ্ণনা পাম্বা কাজ্জল থাবা মিং অসি ।
মায় ফজবী ! খম্ব্রাংচাক ওইরে, ঙসি ॥১০১।
কৃষ্ণদা জগোই শারি, ঙা মওং নাইম্না ।
মখোইগী লুহোংনবা ব্রহ্মাগী মরৈনা ॥
রাধাগী মায় অমৃত পুখ্রিগী ঈশিংদা ।
মিং ঙা অযোম থম্নে, জগোই তম্বা মরৈদা ॥
মচং য়াংবা উরগা চেনখিগত্রা কিদনা ।
ঙাক্রে, নাকোংগী মশক জালপিরদনা ॥১০২।
রাধাগী মিং থম্বালদা মিংনহা খোইমুনা ।
ব্রহ্মানি প্রজা শেমগে খল্লি, মবুকনা ॥
প্রজাশিং অদো মিংচিগী ধারা ওইদনা ।
মপালদা চংখিববু তৌগ্রে, পোক্লদনা ॥১০৩।
অখোইবা পিওম্না অপরাজিতা মরিনি ।

* চিম্বাল মচুনা ঙাংই, কাজ্জলনা মুই ।

১০৩ নং গর্ভোদক শায়ী নারায়ম্না খোইদৌ থম্বালদা ব্রহ্মা পোকই, ব্রহ্মানা প্রজা শেম্বগুম্না ভাব ময়াম্না প্রজা ওইনা মিংচিগী মিং য়েংলখিদ্রা মপাল খোকথে। রূপক অলঙ্কার।

নীলনেত্রে পুষ্প তাতে নাহিক সংশয় ॥১০৪
এ কি রাহু অর্দ্ধচন্দ্র গ্রাস করিয়াছে।
দন্তাঘাতে গলিয়া কলঙ্ক পড়িতেছে ॥
তাহা নয় ভ্রূলতা ও কেশের মাঝারে।
রাধিকার বিমল ললাট শোভা করে ॥১০৫
রাধার ললাট যেন নবচন্দ্র লেখা।
তলে চারু ভুরু আর উপরে অলকা ॥
মাধবী লতার স্বর্ণবর্ণ নবদলে।
ভ্রমরের সারি যেন উপরে ও তলে ॥১০৬
রাধার ললাট এই অনুপম ইন্দু।
তাহে যেই মৃগমদ সিন্দুরের বিন্দু ॥
বিধাতার লিপি যেন যাইতেছে দেখা।
সেই লিপিতে আছে এই কথাগুলি লেখা ॥
ইহার বল্লভ কৃষ্ণ গুণমণি খনি।

চিংনবা লৈত্তে, অমুবা মিংনা মপালনি ॥১০৪।
করিনো রাহুনা থা মচেং উন্থিবরা।
ময়ানা চিক্তনা মায়হিং কেললিবরা ॥
রাহু নত্তে, পিত্তমগী অমসুং শমগী।
মরক্তা মকুত্রবা লাইবকনি, রাধাগী ॥১০৫।
রাধাগী লাইবকনা মাপম্নিগী থানি।
মথাদা পিশুম মথক্তা শমজোইনি ॥
মাধবীগী সনা মচু মানবা মনাদা।
খোইমুগী পরেংশুমই, মথক্তা মখাদা ॥১০৬।
রাধাগী লাইবক উপমা লৈত্তবা থানি।
লৈরিবসিনা কস্তুরী সিন্দুরগী বিন্দুনি ॥
ব্রহ্মাগী লাইরিককুয়া উববু ফংলি।
লাইরিক অসিদা রাইহেশিং অসি ইরি ॥
গুণ মনিগী খনি কৃষ্ণনা মবুঙোনি।

এ হইবে কেবল শ্রীকৃষ্ণানুরাগিনী ॥১০৭
অরুণ বসনাবৃত সিন্দুর তিলক।
সীমন্ত রেখার সহ দিতেছে ঝলক ॥
সমুচ্চ শিখর তাম্র অর্ঘ্যপাত্র কিবা।
বাম করাচ্ছাদ মুদ্রাযুত পায় শোভা ॥১০৮
রাধার কুন্তল যেন নিবিড় কানন।
কৃষ্ণ চিত্তকরী তাহে করে বিহরন ॥
তার গণ্ডমদের সিন্দুর সীথিপথে।
পড়িয়া কি শোভিতেছে সীমন্ত মিষেতে ॥১০৯
রাধাশ্রয়ে মুখচন্দ্র কেশ অন্ধকার।
দোহে বৈরশূন্য তবু ভয় দোহাকার ॥
অন্ধকার নিজ সীমা রক্ষা লাগি ভয়ে।
অলকা সৈন্যের সারি বসাইল তাহে ॥
চন্দ্র ও ললাটরূপ নিজ কলাব্যূহে।

মাসে কৃষ্ণ পামজবী লেপ্পা ওইগনি ॥১০৭
অঙাংব ফীনা কুপ্পা সিন্দুরগী চন্দয়া।
ঙালহল্লে, শংব্রেংগী মযিগা লোইননা ॥
অরাংবা কোকথক্তা কোরিগী কোষামক্লা।
ওইগী খুৎনা কুপ্পা মুদ্রা নিংথীব কংলে ॥১০৮।
রাধাগী শম্না অমুকপা বনগুমলে।
কৃষ্ণগী পুক্নিং শামুনা মাসিদা শাম্নরে ॥
মাগী চাইকংগী মদজল সিন্দুরনা।
শংব্রেংদা তাদনা নিংথীরে শংব্রেংগা তিন্দনা ॥১০৯
রাধাগী মায়খোং থানে, শম অমম্বনে।
অনিসি য়েক্লন্ত্রে, অতুমক্তদা কীনরে ॥
কীদনা অমম্বনা মাগী সীমা ঙাক্নবা।
মাহুদা লৈহল্লে, শমজোই সৈন্য পরেংবু ॥
থাম্নু কলা বূাহবু লাইবক ওইনা।

১০৮ নং ওইগী খুৎনা কুপ্পা মুদ্রা জলশুদ্ধিনি, অঙাংবা কী কামগী খুৎ ১০৯ নং অয়োকপা শামুদি মমাইদা সিন্দুর তৈ মপাঙল থেংনা কল্লবদি চাইকংদা মচুম তাই।

স্থাপন করিয়া ভয়শূন্য হৈয়া রহে। ১১০
রাই মুখপদ্ম মধু পানের প্রয়াসে।
অলকা মধুপমালা বসিল হরিষে॥
কৃষ্ণের নয়নমৃগ বন্ধনের তরে।
মদন মৃগারি জাল কৈল তাহাদের ॥১১১
মনোবৃত্তিরূপ লতাঙ্কুর রাধিকার।
কৃষ্ণে ভাবি ভাবি বর্ণ ধরিল তাহার॥
প্রেমসুধা সেকে সেই সূক্ষ্ম লতাচয়।
কেশরূপে বাঢ়ি শিরোপরি বিরাজয় ॥১১২
শ্রীরাধার শিরোরুহক চামর গণে।
পোষণ করিয়া আপনার শোভা দানে॥
শিতিকণ্ঠ কলাপদ হইয়া সতত।
বিরাজিত শ্রীবিষ্ণুর ঐশ্বর্য্যের মত ।১১৩
কৃষ্ণকান্তি মনে ও নয়নে যত ছিল।
সব মিলি শ্রীরাধার কবরী হইল ॥১১৪
নতভ্রূবা রাধিকার বেণীর মহিমা।
অতুল ত্রিবেণীমাত্র কিঞ্চিত উপমা॥
সরস্বতী রত্নাবলী গঙ্গা মুক্তাফল।
শ্রীযমুনা নীলকান্তি ত্রিবেণী অতুল॥ ১১৫
বিলাস বিস্রস্ত কেশ রাধার দেখিয়ে।
নিজ পুচ্ছ পিঞ্ছ ন্যক্কারের ভয়ে॥
চামরা সকল গেল পর্ব্বত গহ্বরে।
শিখীগণ প্রবেশিল বনের ভিতরে ॥১১৬

( দীর্ঘ ত্রিপদী ছন্দ )

কুঙ্কুম সৌরভময় রাধার সর্ব্বাঙ্গ হয়
যে গন্ধের লবে মত্ত হরি।
নাভি আঁখি কেশ ভুরু যেন মৃগমদাগুরু
লিপ্ত নীলোৎপল গন্ধে ভরি॥

---

থম্মদনা লৈরে অকিবা লৈতবা ওইনা। ১১০।
রাধাগী মুখ পদ্মগী অমৃত থক্লিংদনা।
শম খোইমু পরেনা লৈরে, হরাওনা॥
পুম্নবগীদমক কৃষ্ণগী মিং শঙ্কিবু।
কাম ব্যাধনা জাল শেম্মে শমজোইবু। ১১১।
রাধাগী পুক্লিংগী মচৎনা উরী ওইরে।
কৃষ্ণবু নিংবমক্রা কৃষ্ণগী মচু পুরে॥
প্রেমামৃত থিক্তনা কুপ্লব লতাশিংনা।
কোকথক্তা ভাল্লে, শমগী মতৌ ওইনা ॥১১২।
শ্রীরাধাগী কোক্তা হৌবা শম্মা লাইশিংবু।
য়োকখৎহনা পিদনা মাগী কজববু।
ভজনা রাহোং মমৈগী কজবা কক্তনা।
ভাললে, শ্রীবিষ্ণুগী ভৌবা ওবগুমনা ॥১১৩
কৃষ্ণগী মচু পুক্লিংদা মিৎতা লৈরম্বনা।
রাধাগী শমজি ওইরে, ওম্না তিন্দনা ॥১১৪।
পিগুম লুকপী রাধাগী বেণীগী মতিক।
মপা লৈত্তে, ত্রিবেণীতদি য়াই থজিক॥
রত্নপরেং সরস্বতী, মুক্তানা গঙ্গানি।
নীলমনি যমুনা, মপা লৈত্তে, ত্রিবেণীনি ॥১১৫।
লীলাদা হিকথবা রাধাগী শম উদনা।
মহাক্তী মমৈগী মতু নিন্দাবু কিদনা॥
চামরী পুম্নমক্তা চিংগী লোক্তা চৎখরে।
রাহোংশিংনা বনগী মথুংদা চংনখ্রে ॥১১৬।

( দীর্ঘত্রিপদী ছন্দ )

কুঙ্কুমগী মুংশিবনা, ওই রাধাগী অঙ্গনা,
মনম্মা হরিময়াই কারে।
খোই, মিৎ, শম, পিগুম্মা, মৃগমদ অগুরুনা,
ভজনবা থরো অশংবা নম্রে॥

---

১১০ নং অমম্বা, অভানবা য়েক্লবনি।

বক্ষ কর্ণ নাসা মুখ শ্রীকর শ্রীপদ যুগ
সকর্পূর পদ্মগন্ধান্বিত।
কক্ষ নখ শ্রোণীদেশ তাহার সৌরভাশেষ
কেতকীতে চন্দন মিলিত।১১৮
কৃষ্ণের ইন্দ্রিয়াহ্লাদি নানা গুণ অনবধি
গুণেতে উদারা রাধিকার।
রাধার যে সব গুণ যেন নহে অল্প ঊন
সব গুণাবলী সুবিস্তার। ১১৮
যতেক উপমাবলী আছয়ে জগত ভরি
সবে মরদিল রাধা অঙ্গ।
হরির মাধুরী সম রাই অঙ্গ নিরুপম
এ মাধুরী সম কৃষ্ণ অঙ্গ ।।১১৯
প্রেম অপ্রমেয় তহি গুণের উপমা নাহি
অসমোর্দ্ধ মাধুর্য্য মণ্ডিত।

রুচির চরিতা সম তারুণ্য অদ্ভুততম
কেন না ভুলিবে কৃষ্ণচিত্ত ।।১১০
কোথা রাধা পতিব্রতা ভুবন বাখান কথা
কোথা পরবধূ অপবাদ।
কোথা প্রেমোদ্রেকাবধি কোথা বহু বার্য্যন্তাদি
কৃষ্ণসঙ্গ বিঘ্ন পরমাদ ।।
কোথায় উৎকণ্ঠা তার কৃষ্ণ লাগি হাহাকার
নিত্যসঙ্গ অলব্ধি বিশেষ।
এই তিন শেলে হিয়া মূলের সহিত গিয়া
বিন্ধে মোর না পাই উদ্দেশ ।।১২১
শ্রীকৃষ্ণের প্রণয়িনী কেবা অতিশয়।
একা রাই তাহা বিনা অন্য কেহ নয়।।
কৃষ্ণের প্রেয়সী কোন অনুপম গুণা।
কেবল রাধিকা কেহ নাই তাহা বিনা ।।

---

বক্ষ, কর্ণ মায়, নাত্তোম্মা, খুৎ খোং অনি অনিসিনা
কর্পূর হাপ্পা থম্ব'ল নম্রে।
খাং খুজিল নিংতুসিনা, মাগী মুংশিব মনম্মা,
কেত্তকীদা চন্দন চাইরে ।।১১৭
কৃষ্ণগী ইন্দ্রি পেল্লবা, গুন্না ভমখৈ লৈতবা,
রাধাগী গুন্না থোইদোকলে।
রাধাগী অয়াম্ব গুন, ওইদে, খজিক রাৎপনা,
গুণগী পরেংনা সন্দোকলে ।।১১৮।
অয়াম্ব উপমা পয়েংনা, লৈনরিবা জগৎ থন্না,
রাধাগী অঙ্গনা নৈহৎপিরে।
কৃষ্ণগী মাধুরীগুম্বা, হকচাং মপা লৈত্তবা,
ফজবসে কৃষ্ণপা মাম্নরে ।।১১৯।
প্রেম্না প্রমান লৈতবা, গুণগী মপা লৈত্তবা
মাম্নবা হেনবা লৈত্রে, মাধুর্য্যনা।

নিংথীবা মচৎ মাম্নত্রে, অনৌবনা ওন্থোকলে,
করি ভক্লোইগবা কৃষ্ণনা ।।১২০।
কদাইদা রাধাসতী, জগৎনা থাগৎনরিবী,
পরবধুগী দোষ কদাইদা।
প্রেমগী সীমা কদাইদা অপনবা কদাইদা,
কৃষ্ণ ফংদবগী অন্নাবদা ।।
কদাই মাগী খৌরাংবা, কৃষ্ণগীদমক বাবা
সঙ্গ ফংদবনা থোইদোক্লে।
তাংসোল অহুম সিন্না, থমোয়দা থুম্না চংদনা,
যুরে, ঐগী উদ্দেশ্য ফংদরে ।।১২১।
কৃষ্ণগী প্রেম লৈবী কনানো থোইদোক্লা।
রাধাতনি কনাম্ব লৈত্তে মহাক নত্তনা ।।
গুণ মপা লৈত্তবী কৃষ্ণগী প্রিয়া কনা।
রাধাতনি, কনা লৈত্তে মহাক নত্তনা ।।

কেশে কুটিলতা আর নয়নে চাপল।
কঠোরতাময় যার শ্রীকুচ যুগল॥
কৃষ্ণবাঞ্ছা পূরণেতে সমর্থা রাধিকা।
আর কারো এ সামর্থ্য নাহি যায় দেখা॥১২২
প্রফুল্ল পুন্নাগাশ্রিতা সদা প্রফুল্লিতা।
মধুসূদনাশ্রয়াতি আমোদে পূর্ণিতা॥
অপরূপ পত্রভঙ্গে শোভিতা অধিকা।
বৃন্দাবনে বিরাজিতা এই মাধবীকা॥১২৩
দীক্ষা নাহি করে রাই শিক্ষা নাহি করে॥
গুরুমুখে শ্রবণ পঠন না আচরে।
কৃষ্ণ লাগি রাধা কুলধর্ম্ম যে ত্যজিল॥
কৃষ্ণ লাগি নারীধর্ম্ম পতি উপেক্ষিল।
তথাপিও সতীগণ বাঞ্ছে রাধারীত॥
বিচিত্র গড়িল বিধি তাহার চরিত॥ ১২৫

শমদা খোইবনা অমা মিৎতা য়াংবনা।
মাগী উরোজ অনিদা কনপা মতৌনা॥
কৃষ্ণগী নিংব থুংবা ঙমই, রাধানা।
অতুয়া ঙম্বসি উদয়ে, অতোপ্পা কনা॥১২২।
অশাংপা নাগেশ্বরদা য়েৎপা তংতনা শাৎপা।
খোইমু ইনবা মুংশিবা গন্ধনা থল্লবা॥
পত্রগী ভঙ্গীনস্থ নিংথীবা থোইদোক্লা।
বৃন্দাবনদা ডায়ে, মাধবী লতা অসিনা॥১২৩।
রাধানা দীক্ষাসু তৌদে, শিক্ষাসু তৌরুদে॥
গুরুগী মুখদগী তাবা তম্বসু তৌদ॥
কৃষ্ণ য়েংবী রাধানা কুলধর্ম্ম থাদোকই।
কৃষ্ণ য়েংদনা মুপীগী পতি সেবা থাই॥
অদুসু সতীশিং পামে রাধাগী মচৎপু।
ওরুবা শেয়ে, ব্রহ্মানা মহাক্কী মচৎপু॥১২৫।

নং ১২২ শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তিদা পুকচেল থোইবনে, য়াংবনে, কনবনে, অদুমসি কৃষ্ণনা পেন্দে। মরম অসিনা কৃষ্ণ ভক্তি প্রেমগী গুরু ওইবী শ্রীরাধানা অদুম অসি পুকচেলদগী থাইদোকতুনা পেনগদবা মকম অদুমদা থমথি।

স্বপনে জাগরে কিম্বা সুষুপ্তি সময়।
রাধা তনু মন বাক্যেন্দ্রিয় কৃষ্ণময়॥১২৬
সফরী কুরঙ্গ আর চকোরী খঞ্জন।
মদন বিশিখরূপ নীলোৎপল গণ॥
অম্ভোজ ভ্রমরাদির গর্ব্ব চূর্ণ করে।
রাই আখি নৃত্যে কৃষ্ণচিত্ত ধৈর্য্য হরে॥১২৭
চকোর চাতক কেন আকাশে পলায়।
সরোজিনী কেন রাধে জলেতে লুকায়॥
হে কৃষ্ণেকতানে কেন ইহাদের লাজ।
এত দীনভাব ধারণের কিবা কাজ॥ ১২৮
চান্দে মেঘে সূর্য্যে আমাদের একতান।
অতুলিত ইহাদের ছিল অভিমান॥
কিন্তু রাধে গোবিন্দে তোমার একতান।
দেখি চূর্ণ হৈল সকল গর্ব্ব মান॥১২৯

মংদা তাইবংদা অমনি তুম্বা কালদা।
কৃষ্ণতনি রাধাগী পুক্নিং হকচাং রাহৈদা॥১২৬
ঙথা, সজি অমদি নোংয়ন থমব্রাংচাক।
থরো অশংবা কামগী থুংলাইগী মশক॥
থম্বাল খোইমুনচিংবগী গর্ব্ব তুমলে।
মিৎকী জগোইদা কৃষ্ণগী অত্তপা মাংলে॥১২৭
নোংমিন, নোংগোবী, করম্না নোংথক্কা চেল্লিবা।
রাধে! থম্বালনা করম ঈশিংদা লোৎপা॥
হে কৃষ্ণ নিংবী করিনা মখোই ইকাইবা।
অসুপ তোম্না থনবগী করি কান্নবা॥ ১২৮
থা, নোং সুমিত্তা ঐখোইগী একনিষ্ঠানি *
মখোইসি প্রমাণ লৈতনা গর্ব্ব লৈবনি॥
অমদি রাধে! কৃষ্ণদা নংগী পুক্নিং লেপ্পবু।
উদনা তুমথরে, নাপল পুম্নমকপু॥১২৯

* নোংমিন্না থাদ, নোংগোবীনা নোংদা থম্বালনা সুমিৎতা পুক্নিং লোংদনা নিংবনা ঐখোই মডাইরে হায়বা নাপল লৈরমই।

বাণীশক্তি ভূশক্তি লীলাশক্তি আর।
সকল যুবতী শ্রেষ্ঠা সদ্‌গুণের সার॥
এই তিন হতেও শ্রীশক্তি শ্রেষ্ঠা জানি।
তা হোতেও গোপাঙ্গনাগণে শ্রেষ্ঠা মানি॥
তার মধ্যে শ্রেষ্ঠা সব যুথেশ্বরীগণ।
তাহার মাঝেও চন্দ্রাবলী শ্রেষ্ঠা হন॥
তাহা হইতেও শ্রেষ্ঠা রাধা সুবদনী।
যার তরে তৃষ্ণ কৃষ্ণ দিবস রজনী॥১৩০
চন্দ্রাবলী গুণ রূপ প্রেমাদিক যত।
যত্নে প্রকটয় কৃষ্ণের বশের নিমিত্ত॥
শ্রীরাধার সহজ প্রকট প্রেমগুণে।
চন্দ্রাবলীকেও তাঁর নাহি থাকে মনে॥১৩১
সর্ব্বগুণ খনি রাই দোষাদি রহিত।
চিহ্ন দেখি এ কথাটি না হয় প্রতীত॥

কেশে কুটিলতা লোল যুগল নয়ন।
কুচ যুগে কঠিনতা হয় বিলক্ষণ॥১৩২
রাই নেত্র চকোরিনী কৃষ্ণ মুখচাঁন্দে।
হাস্য সুধা পান করে পরম আনন্দে॥
কৃষ্ণের নয়ন ভৃঙ্গ সতৃষ্ণ হইয়া।
রাই মুখপদ্মে সদা রহয়ে পড়িয়া॥১৩৩
কৃষ্ণ কাছে রাই যদি বিনা বেশে রয়।
তথাপি প্রফুল্লাভাব অলঙ্কারময়॥
দেখি সব সখীগণ বহু সুখ পায়।
কি কহিব সেই কথা কহিল না যায়॥
কৃষ্ণবিনা তৃষ্ণাকুলা মলিনা দেখিয়া।
বিভূষিতা থাকিলেও দুঃখী সখী হিয়া॥১৩৪
রাধাগ্রে স্ফূরিত কৃষ্ণ পাছে কৃষ্ণচন্দ্র।
দুই পার্শ্বে কৃষ্ণ চিত্ত বৃত্তিতে গোবিন্দ॥

---

সরস্বতী পৃথিবী অমা তুলসী কোবা।
গুণ লৈরবা যুবতীশিংগী অথোইবা॥
অছুম অসিদগী লক্ষ্মীনা হেল্লি থংই।
লক্ষ্মী মক্তগীসু গোপীশিংনা হেল্লি নিংই॥
গোপীগী মরক্তা যুথেশ্বরীশিংনা হেল্লি।
মথোইগী মরক্তা চন্দ্রাবলীনা হেল্লি॥
চন্দ্রাবলীদগী শকহেনবী রাধানা হেল্লি।
মহাক্তবু কৃষ্ণনা অহিং সুংথিল থৌরাংলি॥১৩০
চন্দ্রাবলীগী রূপগুণ প্রেমনচিংবা।
চোকশিন্না ফোংই, কৃষ্ণ থুহুম চন্নবা॥
শ্রীরাধাগী মহোশা ফোংবা প্রেমগী গুনা।
চন্দ্রাবলীদসু লৈত্রে কৃষ্ণগী পুক্লিংনা॥১৩১
রাধানা গুণগী খনিনি দোষ লৈতবনা।
রা অসিবু থাজজিবরা থুদম উনা॥

শমদা অথোইবনা নয়ন্দা য়াংবনা।
কুচ অনিদা কনবনা ওই নিংথীবনা॥১৩২॥
কৃষ্ণগী মায়থোং থাদা রাধাগী মিৎ নোংম্নিা।
নোকপগী অমৃত থকই, সুংঙাইনা॥
কৃষ্ণগী মিৎথোইমুনা থৌরাংবা ওইদুনা।
রাধাগী মায়থোং থম্বালদা লৈ, তাদনা॥১৩৩
কৃষ্ণগী নাক্তা রাধানা লৈবা বেশ তৌদনা।
অদুমক্তদা নিংথী, ভাব অলঙ্কারনা॥
উরগা সখীশিংনা য়াম্না সুংঙাইবা ফংই।
করি হাইসিগে, য়াদু হাইবা ঙম্মোই॥
কৃষ্ণ ফংদ্রেগা অরাবা মকপা উদনা।
লৈতেংলবসু রাই সখীগী থমোয়না।১৩৪
রাধাগী মাংদা ভুংদসু ফাওই, কৃষ্ণনা।
নাক অনিদা কৃষ্ণ পুক্লিংদা গোবিন্দনা॥

আখির বিষয় কৃষ্ণ শ্রীগণ্ড যুগলে।
কুচ যুগে কৃষ্ণ আর হারের তরলে ॥
তেই রাধা কৃষ্ণময়ী সর্ব্বত্র বিদিত্।
কাহারো কল্পিত নয় সত্য এই কথা ॥১৩৫
কৃষ্ণাঙ্গ সৌন্দর্য্যভর কামকে জিনিল।
হারি কন্দর্পের অতি দুঃখ উপজিল ॥
তাহারে তো কাম কিছু না পারে করিতে।
তার প্রিয়া রাইকে পীড়য়ে অলক্ষিতে ॥১৩৬
কৃষ্ণ যদি পরশেন রাধাঙ্গ নিচয়।
সখী অঙ্গে স্বেদ কম্প রোমাঞ্চাদি হয় ॥
রাধাধর মধু পান করিলে মাধব।
সখীদের মত্ততা কি বিচিত্র এসব। ১৩৭
পুরুষের শ্রেষ্ঠ কৃষ্ণ সদ্গুণের সার।
নারী বরিয়সী রাই সর্ব্বগুণাধার ॥

এই দুজনের সঙ্গ করি সংঘটন।
বিধাতার গুণজ্ঞতা করয়ে নর্ত্তন ॥১৩৮
কৃষ্ণদত্ত অঙ্কমালা পরি কুতুহলা।
এ বদান্তা নিজ চারু মণিমালা দিলা ॥
রাধাধর মধু কৃষ্ণ সুখে করি পান।
করিলেন আপনার দন্তক্ষত দান ॥
লাভ করি সে লীলার ঈষদালোকন।
নিজ দেহ দান করিলেন সখীগণ ॥১৩৯
ধনীর সৌন্দর্য্যভর বাড়ে কৃষ্ণসঙ্গে।
রসের তরঙ্গ নেত্রে নানা ভঙ্গী অঙ্গে ॥
মরমে উল্লাস এত বাড়য় রাধার।
যেন অন্য রাই হেন নবীন আচার ॥১৪০
সৌরভে পূরিয়া দিক বিদিক সকল।
কৌমল্য সৌন্দর্য্য মধু ঢালে নিরমল ॥

---

চাইরুং অনিদা মিৎকী বিষয়দা কৃষ্ণ। ।
কুচ অনিদা লিকী ইথক্তসু কৃষ্ণনা ॥
অতুয়ঃ কাওরি রাধাদি কৃষ্ণগী মশক্তি।
কনানা শেম্বা নত্তে, রা অসি অচুম্বনি ॥১৩৫
কৃষ্ণগী হকচাংবনা কামবু ওমলে।
মায়থীদনা কামনা অরাবা পোক্লে ॥
কৃষ্ণদা করিসু তৌবা ওমদে, কামনা।
মহাকী প্রিয়া রাধাবু লাক্লে উহন্দনা ॥১৩৬
কৃষ্ণনা রাধাগী অঙ্গদা হেক শোকপদা।
হুমাং নিকপা তুচুংবা ওই সখীশিংদা ॥
রাধাগী অধর পান তৌরবদা কৃষ্ণনা।
অঙকপনি মুত্তাইরিবা সখীশিংনা ॥১৩৭
সদগুণগী নিংগাগী অখোইবা কৃষ্ণনি।
গুণনা তিনবা মুপীগী অখোইবী রাধানি ॥

অনি অসিগী সঙ্গ অসি শেম্ববু তৌরে।
ব্রহ্মাগী গুণ খংবসিনা জগোই শারে ॥ ১৩৮
কৃষ্ণনা পিবা অঙ্ক মালা হরাওনা শিরে।
পিনহৈবীসিনা মাগী মনিমালা পিরে ॥
রাধাগী অধর মধু কৃষ্ণনা থকলে।
মহাকী দন্তক্ষতনা রাধাদা পিথোক্লে ॥
লীলা অসিবু থজিক উবা ফংলদনা।
মাগী মাগী মশা দান তৌরে সখীশিংনা ॥১৩৯
কৃষ্ণ সঙ্গদা রাধাগী হকচা চাওখৎলি।
হকচাংদা ভঙ্গী মিৎতা রসনা চাওখৎলি ॥
রাধাগী থাদিদা ওনবা অরুপ হেল্লে।
অনৌবা মচংনা অতোপ্পা রাধাগুমলে ॥১৪০
মনম মুংশিবনা মাইকৈ ওরা থল্লে।
অনৌবা, কঙ্গবা অমৃতনা শিনখরে।

হেন রাধা কমলিনী ছাড়ি কৃষ্ণ অলি।
কণ্টক কেতকী বনে কেন যায় চলি ? ॥১৪১
মাধবে মাধবী যথা রমনীয়া হয়।
মাধবীতে মাধবশ্রী তেমনি বাড়য় ॥
নিজ বৈদগ্ধি বিধি প্রকট করিয়া।
যোগ কৈল দোহে দোহা উল্লাস পাইয়া॥১৪২
রাই শোভা হেরি বিধি বিস্মিত হইয়া।
নিজ স্থষ্টি নহে জানি বহু লজ্জা পাঞা॥
স্থষ্টি সারবস্তু দিয়া রাধার সমান।
যুবতী গড়িতে চায় না হয় নির্ম্মাণ॥
ফলে পূর্ব্ব স্থষ্টিগণ নিরর্থক হৈল।
তাতে বিধাতার আরো লজ্জা উপজিল॥১৪৩
নিরমিত রাইমুখ বিধাতা দেখিয়া।
পদ্ম চন্দ্র বহুদোষ জড়িত বুজিয়া॥
চন্দ্রে মসী অঙ্ক দিয়া লেপন করিল।
পদ্মেতেও অলিরূপ মসী প্রদানিলা॥১৪৪
রাধিকার গুণগণ অগণন হয়।
গান করিবারে সরস্বতী না পারয়॥
আমাদের চেষ্টা বৃথা বাণীর ভাণ্ডারে।
বর্ণিবার বাক্য নাই কে বর্ণিতে পারে॥১৪৫
এইরূপে সখীগণ রাধাঙ্গ বর্ণন।
সালঙ্কারে করি হৈলা সহাস্য বদন॥
তাহা শুনি শ্রীরাধিকা হইলা তখনি।
উলসিতা সঙ্কোচিতা কুটিল নয়নী॥
শ্রীরাধার সেই শোভা সখীর বর্ণন।
দেখি শুনি তৃপ্ত কৃষ্ণ আখি কর্ণ মন॥১৪৬

( যদুনন্দন ঠাকুরের উক্তি )

এইতো কহিল রাধার শ্রীঅঙ্গ বর্ণন।

---

রাধা পদ্ম থাদোকতুনা কৃষ্ণথোইমুনা।
কেতকী তিংখংবন্দা চৎলিবা করম্না ॥১৪১
বসন্তদা মাধবীনা ফজবা ওইরি।
মাধবীনা বসন্তগী ফজবা হেললি॥
মহাক্তী হৈশিংববু ব্রহ্মানা ফোংদোক্তনা।
অনি অসিবু পুনশিলহল্লে, হরাওনা ॥১৪২
রাধাগী ফজবা উবদা ব্রহ্মা ওক্তনা।
মানা শেম্বা নত্তে থংদনা ইকাইদনা॥
জগৎকী মচি ওইবা পোৎনা রাধাগুম্বা।
যুবতী শেমগে নিংই, ওমখিত্রে শেম্বা॥
মথক্তা শেম্বা মখৈ অরেম্বদা ওইরে।
মাতুদা ব্রহ্মাগী ইকাইবা অমা পোক্লে ॥১৪৩
ফজবা রাধাগী মায়থোং উরগা ব্রহ্মানা।
থম্বাল থাদা লোম ম্নাম্না য়েংথলে থংদনা॥
থাদা কালীনা খুদম পিদনা তৈশিল্লে।
থম্বালদা খোইম্ ওইনা কালী পিরে ॥১৪৪
রাধাগী গুণশিং অসি মশিং নাইদরে।
শকবদা সরস্বতীনা ওমদরে॥
ঐখোই ওন্মোই সরস্বতীগী ভাণ্ডারদা।
ওানবা লৈতে কনা ওমগনি হায়বদো ॥১৪৫
অসুম্না সখীনা রাধাঙ্গ বর্নন তৌই।
অলঙ্কারগা লোইননা ওাংই, নোকই॥
মাহু তাবা মতমদা ওইরে, রাধানা।
হরাওবা, চিংনবা অখোইবা মিংয়েংনা॥
শ্রীরাধাগী ফজবহু সখীনা হাইরি।
তাব উবদা কৃষ্ণগী মিং নাকোং মন পেল্লি ॥১৪৬

( যদুনন্দন ঠাকুরনা হায়জবা )

রাধাগী অঙ্গ বর্নন হাইরবশিনি।

ইহা যেই শুনে পায় শ্রীরাধার চরণ ॥
মধ্যাহ্নের লীলা কথা অমৃতের সার।
কর্ণ মন তৃপ্ত করে এক বিন্দু যার ॥
গোবিন্দ চরিতামৃত নিত্যই নূতন।
বিচারিলে মিলে প্রেম অমূল্য রতন ॥

ঠাকুর বৈষ্ণব পদে প্রণতি বিস্তর।
নিজগুণে কৃপা মোরে কর নিরন্তর ॥
রাধাকৃষ্ণ পাদপদ্ম সেবা অভিলাস।
এ যদুনন্দন কহে মধ্যাহ্ন বিলাস ॥

ইতি শ্রীগোবিন্দলীলামৃতে একাদশ সর্গঃ সমাপ্ত।

# শ্রীগোবিন্দলীলামৃতরস

## দ্বাদশ সর্গঃ

মধ্যাহ্নলীলা—বংশী প্রাপ্তি, বন ভ্রমন, ছয় ঋতুর বন দর্শন ও
বসন্ত ঋতুর, গ্রীষ্ম ঋতুর, বর্ষা ঋতুর বন দর্শন।

( যদুনন্দন ঠাকুর কৃত বন্দনা )
জয় শ্রীগোপাল ভট্ট রসের সাগর।
জয় ব্রজবাসী যত সর্ব্ব গুণধর ॥
জয় রাধাকৃষ্ণ ভক্ত বৃন্দা ঠাকুরাণী।
সবার চরণধূলি শিরে ধরোঁ আমি ॥

জয় জয় রাধাকৃষ্ণ জয় সখীবৃন্দ।
জয় জয় রাধাকৃষ্ণ লীলার আনন্দ ॥
অতপর বৃন্দা রাধা কৃষ্ণের চরণে।
নিবেদন করেন শুনহ সর্ব্বজনে ॥
( মুলের ক্রমিকানুবাদ )

---

মাসি তাবনা রাধাগী চরণ ফংগনি ॥
মধ্যাহ্নলীলাগী রা অমৃতগী মচিনি।
মরিক অমনা পুক্নিং নাকোং পেনগনি ॥
হুমিং খুদিং নোবা কৃষ্ণ চরিতামৃতনি।
খিরবদি প্রেম অমূল্য রত্ন ফংগনি ॥

ঠাকুর বৈষ্ণবতা খুরমজে, থোইদোক্না।
বৈষ্ণবকী গুন্না কৃপা তৌবিয়ু তত্তনা ॥
রাধাকৃষ্ণগী পাদসেবা পামজদনা।
মধ্যাহ্নলীলাবু হাইজে যদুনন্দনা ॥

১১শুবা সর্গ লোইরে।

## ১২ শুবা সর্গ

মধ্যাহ্নলীলা—বংশী প্রাপ্তি, বন ভ্রমণ, ঋতু তরুক্তা, বন দর্শননচিংবা।

( যদুনন্দন ঠাকুরনা তৌবা বন্দনা )
খুরমজরি গোপালভট্ট রসনা তিনবা।
খুরমজরি ব্রজবাসী গুণ পুরিবা ॥
খুরমজে যুগলভক্তবু বৃন্দাদেবীবু।
ঐনা কোক্তা পুজে পুম্নমকী পদরেণুবু ॥

শ্রীরাধাকৃষ্ণ সখী বৃন্দা খুরমজরি।
শ্রীরাধাকৃষ্ণগী লীলাবু খুরমজরি।
তুং অসিদা রাধাকৃষ্ণগী চরন্দা বৃন্দানা।
হাইজববু তৌই, তাবিয়ু পুম্নমক্না ॥
( মথং শিংপা অনুবাদ )

বৃন্দা কন ছয় ঋতু বিনয় করিয়া।
বলিয়াছে রাধাকৃষ্ণ শুন মন দিয়া ॥
সব সখীবৃন্দ সহ কর অবধান।
তাহাদের নিবেদন প্রার্থনা বিধান ॥ ১
আমরা কিঙ্কর সব বহু যত্ন করি।
সামগ্রী রচিনু সব বৃন্দাবন ভরি ॥
বনে বিহরণ ছলে ঈশ্বর ঈশ্বরী।
সফল করুণ তাহা দৃষ্টিদান করি ॥
ভৃত্যের কৌশল যদি ঠাকুরে দেখয়।
তবে সে ভৃত্যেরা শ্রম সফল মানয় ॥ ২
আর শুন বৃন্দাবনে স্থির চর গণ।
লীলাস্থানে যত তাহাদের নিবেদন ॥
মিলনেতে উল্লসিত ঈশ্বরী ঈশ্বরে।
হেরিতে সেবিতে আমাদের সাধ করে ॥

অতএব একবার করুণা করিয়া।
সফল করুণ আশা দরশন দিয়া ॥ ৩-৪
এইকালে বটু আসি সুবলের সঙ্গে।
শ্রীকৃষ্ণেরে কহিতে লাগিলা অতি রঙ্গে ॥
বৃন্দাবনে প্রজা যত গোবিন্দ তোমার।
নির্দ্ধন করিলা রাই কিছু নাই কার ॥
সৌন্দর্য্য মাধুর্য্য শোভা বনে যত ছিল।
তনু শোভা দ্বারা রাই সকল হরিল ॥
ফল পুষ্পাদি তেই বনের বাহ্য শোভা।
সাক্ষাতেই হরি নেয় তাহা সখী সভা ॥ ৫-৬
নান্দীমুখী আগমন করি হেনকালে।
কহিলা সসখী দোহে থাকহ কুশলে ॥
পৌর্ণমাসী শত আশীঃ করিয়া জ্ঞাপন।
কহি পাঠাইলা যাহা শুন দিয়া মন ॥৭

বৃন্দানা হাই ঋতু তরুক্রা নোল্লুক্রা।
হাইরি রাধে কৃষ্ণ! তাবিয়ু পুক্লিং চংনা ॥
সখীশিং লোয়ননা অবধান তৌবিসি।
মখোইগী হায়জরিবা বিধান অসি ॥১
ননাই ঐখোই পুম্নমকনা যত্ন তৌনা।
পোৎ পুম্নমকপু লাংলে বৃন্দাবন থম্না ॥
বন্দা শাম্নবা ওইনা ইবুঙো ইবেম্মনা।
মহৈ মালহনবিয়ু মিৎয়েং পিনদনা ॥
মনাইগী হৈশিংবা মবুঙোনা য়েংগনি।
অহুদা মনাইনা রাজবা মহৈ য়ানবনি ॥
অমা তাবিয়ু বৃন্দাবন্দা অচৎ চৎতশিংনা।
লীলাস্থান্দা য়াম্না হায়জরি, মখোয়না ॥
ইবেম্ম ইবুঙো পুন্নগা হরাওজরি।
য়েংবনু সেবাবু ঐখোইনা অপা তৌরি ॥

মরম অসিনা অমুক্তং চানবিহ্না।
নিংজবা থুংহনবিয়ু উহনবিদনা ॥৩·৪
মতম অসিদা সুবলগা লাক্লে বটুনা। *
কৃষ্ণদা হায়বা হৌই য়াম্না হরাওনা ॥
হে গোবিন্দ বৃন্দাবন্দা নহাকী প্রজাবু।
করিম্নু লৈত্রে, রাধানা তৌরে নংহনথবু ॥
নিংথীবা মীপুক হুবা ফজবা লৈরম্বদো।
রাধাগী ফজবনা হুরে, পুম্নমকতো ॥
মহৈ মপালনা বনগী ফজরিবনি।
মাহু সখী সভানা অশেংনা হুরবনি ॥৫।৬
মতম অহুদা লাকই, নান্দী মুখীনা।
অনিদা হাই য়াইফরো সখী য়াওনা ॥
পৌর্ণমাসীনা থংহন্নিংবা আশীষ তৌনা।
হাইরকপা মাহু তাবিয়ু পুক্লিং চংনা ॥৭

* সুবল মধুমঙ্গল সর্গ ৬তা কৃষ্ণগা লাকমিয়ৈ ৭ তা শ্রীকুণ্ড দর্শনগী মতুংদা বিশাখা নন্দনা কুন্দা লৈ।

ওহে প্রিয় রাধা শ্যাম তোমরা দোহারে।
"স্মররাজ চক্রবর্ত্তি" সম অধিকারে ॥
করিয়া সামন্ত রাজারূপে অভিষেক।
অনুচর দিলা পিক ভৃঙ্গাদি অনেক ॥
দোহে আছ তীক্ষ্ণদণ্ড সম্রাট অধীনে।
প্রীতে রহ বৃন্দাবন রাজ্যের শাসনে ॥৮
আত্ম মধ্যে দুইজনে কলহে কি ফল।
সম্ভোগের হানি রাজভয় ও প্রবল ॥
আমার আজ্ঞায় দোহে পিরীতি করিয়া।
সুখে রাজ্য কর স্বচ্ছন্দ হইয়া ॥৯
ইহা বলি ঠাকুরাণী মোরে কহিলেন।
রাধা কৃষ্ণ দোহে যদি বিবাদ করেন ॥
বৃন্দার সহিত তুমি বিচার করিয়া।
প্রথমে কাহার দোষ কহিবে আসিয়া ॥১০

শুনিয়া তাহার বাণী কৃষ্ণ কন রসে।
সব তত্ত্ব জান তুমি প্রীতি রহে কিসে ॥
সখী সহ বৃন্দাবন করিলা নির্জ্জন।
শঠতা করিয়া বংশী করিলা হরণ ॥ ১১
কৃষ্ণবাক্য শুনি কুন্দলতা কন ছলে।
দ্বন্দ করি দোহে রাজাস্থানে গিয়াছিলে ॥
বড় গর্ব্ব করি দোহে গেলে রাজস্থানে।
তথা কি হইল শুনি কহ সে কথনে ॥১২
কৃষ্ণ কন রাই লয়ে রাজস্থানে গিয়ে।
সমর্পণ কৈনু তারে এ কথা বলিয়ে ॥
তোমার বনের দ্রব্য ইহ লুঠ করে।
দণ্ডি দ্রব্য লহ নিজ দ্রব্য দেহ মোরে ॥ ১৩
এতেক শুনিয়া রাজা পুছিলে ইহারে।
ইহোঁ ছল উঠাইয়া কহিলা তাঁহারে ॥

ও হে রাধেশ্যাম নখোই অনিদা চায়না।
স্মর চক্রবর্ত্তীনা অধিকার মায়না ॥
সামন্তরাজ ওইনা অভিষেক তৌহনা।
পিরে, অনুচর কোকিল, খোইমুনচিংবনা ॥
অনিনা লৈরে, অঙঙ্গা সম্রাটকী মথাদা।
চায়রো বৃন্দাবনগী রাজ্য শাসনদা ॥৮
নখোই মনুংদা খংনবনা করি কায়ে।
সম্ভোগ রাংপা নিংথৌ কীব হেনগনি ॥
ঐগী রাদগী নখোই অনি চায়দনা।
নুংঙাইনা পান্নু থোইদোকনা ননিং তৌনা। ৯।
অসি হায়না হাইরকই পৌর্ণমাসীনা।
খংনবা মতমদা রাধাকৃষ্ণ অনিনা ॥
বৃন্দাগা নখোই অনি বিচার তৌদনা।
অহানবা কনানা লাল্লি হাইয়ু লাক্কনা ॥১০

নান্দী মুখীগী রা তারগা কৃষ্ণনা হাই।
করম্না চায়গনি, পুন্নমক নংনা খংই।
সখীগা বৃন্দাবনগী লল লৈহন্দরে।
লৌনম তৌদনা ঐগী বংশী হুবিথরে ॥১১
কৃষ্ণগী রা তারগা কুন্দলতানা হাই।
খংনদনা নখোই নিংথৌগী নাক্তা চংলুই ॥
যাম্না থোইনা অনিমক চংখি নিংথৌ নাক্তা।
করি তৌরে রাজু হাইয়ু তাগে মাহুদা ॥১২
কৃষ্ণনা খুম্মি রাধা পুদনা নিংথৌ নাক্তা।
রা অসি হায়দনা শিন্নকই মাঙোন্দা ॥
নহাকী বনগী পোং মাসিনা ওরাললে।
দণ্ডিগী পোং লৌ নংগী পোংনা ঐঙোন্দা পিয়ো ॥১২
অসি তারদনা নিংথৌনা হংলে মাসিদা।
মাসিনা ছল তৌদনা হায়রে মাঙোন্দা ॥

বহু গোপ সঙ্গে বহু ধেনু চরাইয়া।
কৃষ্ণ নষ্ট কৈল বন ফুলাদিও লৈয়া॥
আপনার অঙ্গশোভা আমি বনে দিয়া।
পুষ্ট কৈনু সব বন দেখহ আসিয়া॥ ১৪
এই মিথ্যা বাক্যে রাজা প্রতীতি করিলা।
সাক্ষাতে দেখিনু তিনি পক্ষপাত কৈলা॥
দোষ সিদ্ধ তথাপি দণ্ড না করিয়া।
তোমাদের নিকটেতে দিল পাঠাইয়া। ১৫
এ কথা শুনিয়া হাসি কন কুন্দলতা।
পক্ষপাত যদি রাজা করিলা সর্ব্বথা॥
ইহার তারুণ্য রত্ন কেবা দণ্ড কৈল।
তাহা করি কে ইহার বচন রোধিল॥১৬
শ্রীকৃষ্ণ কহেন আমি নৃপেঙ্গিত জানি।
নিজ ধন চাহিনু ইহারে পথে আনি॥

নাহি দিলে লইবারে লাগিনু দণ্ডিয়া।
আমারে দণ্ডিলা নখচিহ্ন আদি দিয়া॥১৭
ইহা শুনি শ্রীরাধিকা নয়নান্ত বাণে।
কুটিল ভ্রূভঙ্গে বিন্ধিলেন কৃষ্ণ মনে॥
গদগদিকা আসি বাণী করিল রোধন।
লীলাপদ্মে কৈলা কুন্দলতায় তাড়ন॥ ১৮
তবে কৃষ্ণ নিজ শিরোবেষ্টন হইতে।
পত্রিকা খুলিয়া দিলা নান্দীমুখী হাতে॥
নান্দীমুখী মনে মনে পড়িতে লাগিলা।
সখীগণ ব্যক্ত করি পড়হ কহিলা॥
তবে নান্দীমুখী তাহা পরেন ডাকিয়া।
সখী সবে কর্ণ পাতি শুনে মন দিয়া॥১৯
নান্দীমুখী বৃন্দা কুন্দলতাদির প্রতি।
স্মর সার্ব্বভৌম এ বিজ্ঞাপন পাতি॥

---

গোপ ময়ামগা শল ময়াম শেন্দনা।
কৃষ্ণনা বন মাংহল্লে লৈশিংসু হেক্কনা॥
এগী ইশাগী ফজবা বন্দা পিদনা।
বন পুন্নমক য়োক্লি, য়েংবিয়ু লাক্কনা॥১৪
মীনম্বা রা অসিদা নিংথৌনা থাজরে।
মাংদা য়েংই মানা মীচং চংববু তৌখরে॥
মরাল লৈরে অত্থমক্কবু দণ্ডি তৌদনা।
নখোইগী ননাক্তা পির়ক্লে, থাদোক্লনা।১৫
রাসি তারগা নোক্কনা হাই কুন্দলতানা।
নিংথৌনা মীচং ওইববু তৌরবা লেপ্পা॥
আসগী অনৌবা রত্ন কনানা দণ্ডি তৌরে।
মাহুম তৌনা কনানা রা ভাংহনদরে॥১৬
কৃষ্ণনা ঐনা নিংথৌগী ইঙ্গিত খঙনা।
মাঙোন্দা লল থৌই লখিদা পুখোক্কনা॥

পিদ্রবদা লৌনবা হোংনৈ দণ্ডি তৌদনা।
ঐঙোন্দা দণ্ডী তৌরে খুজিন্না খোংপীদনা॥১৭
অসি তারগা রাধাগী মিংচি তেননা।
কৃষ্ণদা থারে, অখোইবা পিক্তম লিক্কনা॥
অহিকপা লাক্কনা রা ভাংববু থিংখরে।
লীলা কমলনা কুন্দলতাদা ফুরে॥১৮
মাহুদা রাধাগী কোকসেংতগী শ্রীকৃষ্ণনা।
পত্রিকাবু পি নান্দীমুখীদা লৌখোক্কনা॥ ✽
নান্দীমুখীনা পুক্লিংনা পাবা হৌরকই।
সখীশিংনা ফোংদোকনা পাও হায়রকই॥
মাহুদা নান্দীমুখীনা পাই লাওদনা।
সখিনা নাকোং য়াদনা তাই, পুক্লিং চংনা॥১৯
নান্দীমুখী কুন্দলতা বৃন্দা নখোইদনি।
স্মরচক্রবর্ত্তিনা মাসি থংহল্লিবনি॥

---

✽ সর্গ ১১ গী শ্লোক ৬তা স্বাধীনগী মতমদা থন্বালমনাদা কুঙ্কুম মহিনা ইদনা কৃষ্ণনা রাধা থংহন্দনা থেংথিবা লাইরিক

বনের প্রজার রাধাহৃত ধন লহ।
কৃষ্ণ বংশিকার ন্যায় বুঝিয়া করহ ॥ ২০
এই পত্র শুনি সবে সভ্যাগণ মিলি।
রাইকে পুছেন কথা হৈয়া কুতুহলী ॥
অমনি সম্মুখে আসি বিশাখিকা কন।
মিছে কেন প্রশ্ন কর না বুঝি কারণ ॥
রাজাগ্রে তো রাধিকা পূর্ব্বেই কহিয়াছে।
নিজ অঙ্গশোভা দিয়া বন পোষিয়াছে ॥২১
ললিতা কহিলা সুধু কথাও তো নয়।
রাইঅঙ্গ প্রতিবিম্ব দেখ বনময় ॥ ২২
রাজস্থানে খললোক লাগানি করয়।
কি করিবে রাজা বন তাহার কি হয় ॥
আপনার বন মোরা পালিব আপনি।
ফল ফুল লৈয়া কার্য্য করিব যে জানি ॥২৩

যদি বল রাজ অজ্ঞা পালন করা উচিত।
দেখ বন সখী সম রাধার পালিত ॥২৪
সতীধর্ম্ম বিনাশয়ে যেই দুষ্ট বংশী।
কোথাও না দেখিনু সে নষ্ট ধর্ম্মধ্বংসী ॥
ভাগ্যে যদি কভু মোরা তার লাগ পাই।
যমুনা প্রবাহে দিয়া সাগরে পাঠাই ॥ ২৫
নান্দীমুখী কহে কৃষ্ণ! রাধার বচন।
নিজ কান্তি দিয়া পুষ্ট করিতেছে বন ॥
আগে সত্য মিথ্যা তার করিয়া নির্দ্ধার।
পশ্চাতে করিব সবে বংশীর বিচার ॥ ২৬
তবে প্রিয় যুগলের বন বিহরণ।
ইচ্ছান্বিতা ললিতা লইয়া সখীগণ ॥
রাই আগে করি আগুসরি স্মিতমুখে।
সভ্যাগণে সম্বোধিয়া কহিলেন সুখে ॥

---

বনগী প্রজাগী রাধানা হুরাললে।
কৃষ্ণগী বংশীগী বিচার খংননবা তৌ ॥২০
পত্র অসি তারগা সখীশিং তিল্লদনা।
রাধাদা রা হংই, হয়াওবা ওইদনা ॥
খুদক অহুদা মাংদা হাই, বিশাখানা।
অরেম্বদা করি হংই, মরম খংদনা ॥
নিংথৌ মাংদা রাধানা অহানবদা হাই।
ঐগী ইশাগী কজবনা বন য়োকই ॥২১
ললিতানা হাই মাগো অশেংবা রা নত্তে।
বন য়েংউ, রাধাগী অঙ্গপ্রতি বিম্বনে ॥২২
নিংথৌদা হাইজিনবনি, ফত্তবা মীনা।
বন'স মাগিরা? করি তৌগনি নিংথৌনা ॥
ঐখোইগী বননি, ঐখোইনা ঙাকনি।
মহৈ মপান লৌদনা তৌনিংবা তৌগনি ॥২৩

হাইয়ু নিংথৌগী য়াথং ঙাকপনা চুমই।
বনসি য়েংউ, সখীগা রাধানা ঙাকই।২৪
সতী ধর্ম্ম মাংহনবা ফত্তবা বংশীদো।
কদাইদসু উদে, ধর্ম্ম মাংহনবদো ॥
করিগুম্বা কংলবা লাইবক ফদনা।
সমুদ্রদা থাগে, যমুনাদ লংথদনা ॥২৫
নান্দী মুখীনা হাই কৃষ্ণ! রাধাগী রাদি।
ঐগী ইঙায়া য়োকপনি বন অসিদি ॥
হায়া মাহুগী অচুম চুমদা লেপ্তনা।
তুংদা বংশীগী বিচারবু তৌগনি লেপনা ॥২৬
মাহুদা প্রিয় অনিগী বন্দা শান্নবদো।
পান্বা ললিতানা পুদনা সখীশিংদো ॥
রাধাবু মাংথা, মোমোন নোকনা থোরক্তনা।
সখীশিংবু কৌরদনা হাই, হুংঙাইনা ॥

চল বন দরশনে দেখ সবে মিলি।
রাই কান্ত্যে পোষিত ভূষিত বনস্থলি ॥ ২৭
রাধাবর্ণে গৌরদ্যুতি হইল সকল।
পশু পাখি তরু লতা ফুল ভূমিতল ॥
সখীগণ কৃষ্ণ আদি সবে তা দেখিলা।
আকার ভেদেতে বস্তু পরিচয় কৈলা ॥২৮
নান্দীমুখী কহিলেন বৃষভানু সুতা।
শ্রীরাধার বাণী সত্য হইল প্রতীতা ॥
তাহার কান্তিতে পুষ্ট হৈয়া এই বন।
করিছে সবার নেত্রোৎসব সম্পাদন ॥ ২৯
শ্রীকৃষ্ণ কহিলা এর কারণ আছয়।
কুহক জানয়ে রাই মোর মনে লয় ॥
মন্দিরে যাইতে বনশোভা নিয়া যায়।
রাজভয়ে সমর্পন করে পুনরায় ॥ ৩০

সব সখীগণ হর্ষে উৎফুল্ল বয়ানী।
দেখি বটু যত্নে কৃষ্ণে সম্মুখেতে আনি ॥
রাইকান্তি কৃষ্ণকান্তি করিলা মিশ্রণ।
মরকত মনিবর্ণে ব্যাপ্ত হৈল বন ॥ ৩১
নিরখি কহেন বটু সহাস্য বচন।
তাপক কন্দর্পে আজি করিতে গঞ্জন ॥
রাধা মুকুন্দের সমুজ্জ্বল কান্তিদ্বয়।
মিশিয়া করিল দোহে এক বর্ণময় ॥ ৩২
ইহা শুনি তুঙ্গবিদ্যা কহেন হাসিয়া।
রাধাকান্তি যুত কৃষ্ণকান্তিতে মিলিয়া ॥
মরকত মণি কান্তি সভ্যারাও হৈলা।
তদ্‌গুণালঙ্কারে উদাহরণ রচিলা ॥ ৩৩

( বংশী প্রাপ্তি )

কিছু কহিবারে হস্ত চালিয়া আসিতে।

---

বন দরশন চৎলসি, য়েংউ ময়াম।
রাধাগী কান্তিনা লৈতেংবা বন মফম ॥২৭।
রাধাগী মচুনা পুম্নমক ইডৌ ঙৌরে।
শা উচেক লৈপাক উরি উপাল লৈ ॥
কৃষ্ণনচিংবা সখী পুম্নমকনা উরে।
মওং মতৌদা তোপ্পনা পোৎশক খংনরে ॥২৮
নান্দী মুখীনা হাই, বৃষভানুনা পোকপী।
রাধাগী ৱাথং থাজরে, চুমই হাইবা ॥
মহাক্কী মঙালনা বন অসি য়োক্কনা।
ঙৌরে, পুম্নমক্কী মীৎকী কুৈম্ন ওইনা ॥২৯
শ্রীকৃষ্ণনা হাই, মাসিগী মরম লৈরে।
রাধা মায়া খংলয়ে, ঐগী পুক্নিংদা লৌরে ॥
য়ুমদা চৎপদা বনগী ফজবা পুরে।
লৈংথৌবু কীদনা অমুক হন্না পীররে ॥৩০

সখীশিং হরাওবনা মায়থোং মকা ফল্লে।
মধুমঙ্গলনা মাংদা কৃষ্ণ পুথোকলে ॥
রাধাগী কান্তি কৃষ্ণগী কান্তিগা তিন্নরে।
তমফা অশংবা মচু বন্দা শিনবা থুংলে ॥৩১
য়েংলগা মধুমঙ্গল নোক্না ঙাংই রাবু।
ঙসি নমহৎনবা রাহল্লবা কামবু ॥
রাধাকৃষ্ণগী ডাল্লবা মঙাল অনিনা।
মচু অমতা ওইরে পুনশিন্নহুনা ॥৩২
অসি তারগা তুঙ্গবিদ্যানা হাই নোক্কনা।
রাধা কান্তিনা কৃষ্ণগী কান্তিদা তিন্দনা ॥
তম্ফা অশংবগী কান্তি থাইস্থ ওইরে।
তদগুণালঙ্কারদা উদাহরণ শেম্নে ॥৩৩

( বংশী ফংবা )

ঙাংনিংলক্কনা খুৎ হাইদনা লাকপদা।

বায়ু প্রবেশিয়া কররন্ধ্রা বংশীতে ॥
বাজিতে লাগিলা শুনি সভ্যা আর সখী।
তথায় মিলিলা সবে সচকিত আঁখি ॥
কুন্দলতা ধরি তারে চৌরিনী বলিয়া।
বংশী সহ হরি স্থানে গেলেন লইয়া ॥ ৩৪-৩৫
শ্রীরাধিকা কহিলেন শুন কুন্দলতা।
তোমার দেবর বংশী করিয়া গোপিতা ॥
ছলে কদর্থ না কৈলা আমা সভাকারে।
এই কথা সত্য কি না পুছহ বৃন্দারে ॥
না মানিলে পুছ বাঁশী কোথায় পাইলা।
না কহয়ে যদি তবে বৃন্দা দোষী হৈলা ॥ ৩৬
এত শুনি বৃন্দা কন শুন সুবদনি।
শৈব্যা হৈতে বংশীকা ককৃখটী বলে আনি ॥
নান্দীমুখী সম্মুখেতে দিয়াছে আমারে।

এই মোর বিবরণ বংশীর বিচারে ॥ ৩৭
তবে কুন্দলতা বংশী কৃষ্ণকরে দিলা।
বংশী পাঞা তিহোঁ সুখে বাদ্য আরম্ভিলা ॥ ৩৮
আনন্দ মুরলী ধ্বান যবে কৈলা ব্রজমণি
প্রাণীমাত্রে ধর্ম্ম হৈল আন।
ত্রিভুবনে যত হন সুন্দরী তরুনীগণ
বংশ সম তাহাদের প্রাণ ॥
সে ধ্বনি অনঙ্গদূন তাহাতে লাগিল ঘুন
জীর্ণ কৈল সবাকার মন।
যত সর স্থির চরে উলটা ধরম করে
ভরিল সকল বৃন্দাবন ॥
ছয় ঋতুগণ শোভা অপরূপ মনলোভা
বিকাশ করিল এককালে।
সুধাসার ধারাচয় সিঞ্চিয়া জগতময়

---

মুংশিং চংদনা বৃন্দাগী খুত্তা লৈবা বংশীদা ॥
"খোংলকলে", ভাবদা তিম্নরিবা সখীনা।
মাহুদা ওম্না তিল্লে, মিং তথক তথক্লা ॥
"হুরানবি" হাইদনা কুন্দলতানা ফারে।
বংশী য়াওনা কৃষ্ণগী নাক্তা পুদনা চংলে ॥৩৪।৩৫
শ্রীরাধানা হাইরে, কুন্দলতা। তাওনা।
বাঁশীবু লোৎশিন্নগা নহাক্কী ননাওনা ॥
ছল তৌদনা লাম্নরে, এখোই সভাদা।
য়া অসিবু চুমদনরা? হংউ বৃন্দাদা ॥
য়ানিংদ্রগা হংউ, বঁশী কদাইদা ফংলে।
হাইদ্রবা মতম অদুদা বৃন্দা লাল্লে ॥৩৬
তারগা বৃন্দানা হাই, তাও শক কজবি।।
শৈব্যাদগী বংশী ককখটীনা পুরকপনি ॥
নান্দী মুখীগী মমাংদা পিবনি এঐতোন্দা।

এগী য়াদি অসিনি, বংশীগী বিচারদা ।৩৭
কুন্দলতানা কৃষ্ণগী খুত্তা বংশী পীরে।
বংশী ফংদনা কৃষ্ণনা মুংত্তাইনা খোংলে ॥৩৮
মুরলী ধ্বনি মুংতাইনা, ফংবগা খোংই কৃষ্ণনা,
জীব পানবদা ধর্ম্ম তোল্লে।
মরোল অতমদা লৈবা, অনৌবীশিং ফজরিবা,
মখোইগী প্রাণদো রাওমলে ॥
ধ্বনিহুনা কাম য়ারে, মাহুদা তম ওইরে,
পুম্নমকী পুক্নিং ফোল্লে।
অচৎ চৎতা লৈরিবদো, তৌরে ধর্ম্ম ওম্নবদো,
বৃন্দাবন পুম্নমক থল্লে ॥
ঋতু তরুকী ফজবা, ওন্থোকপা পুক্নিং হুবা,
কোংদোক্লে মতম অমত্তদা ॥
অমৃত ধারা থিবিক্লা, জগত্তা খিকলদনা,

উলসিত করিল সকলে ।।৩৯
বংশী ধ্বনি বান হৈয়া বিন্ধে যথা নারী হিয়া
পুরুষেও তথা বিকলয় ।
কৃষ্ণচন্দ্র মহা কৃতী সাক্ষাৎ কন্দর্প মূর্ত্তি
তাহে কিছু অসম্ভব নয় ॥ ৪০
গিরিচূড়া হৈল পানী শুনিয়া বেণুর ধ্বনি
ঝারা ছলে তাহে জল ঝরে ।
পশু পাখী তৃষা পাঞা জলপানে যায় ধাঞা
জড় হয় খাইতে না পারে ।।৪১
সরোবরাদির নীর সকলি হইল থির
শিলা সম ভৈল বংশী নাদে ।
কামী হংস হংসীগণ গমন মৃণালাশন
না পারে শৃঙ্খল যেন পাদে ॥ ৪২
স্থগিত হইল বাত ঘুরে সব পুষ্পমাথ
পুষ্পছলে হাসে বৃন্দাবন ।
এ যদুনন্দন কহে কেমন ধৈরয রহে
গান করে মদন মোহন ॥

( ছয় ঋতুর শোভাপূর্ণ বনভাগ দর্শন )

তবে বৃন্দাদেবী আসি দোঁহার অগ্রেতে ।
ছয় ঋতু যুত বন লাগিলা দেখাতে ॥ ৪৩
স্তম্ভ কম্প গদগদি পুলক ঘরম ।
অটবীতে প্রকটিত সখীর ধরম ॥
স্তম্ভ ভাবান্বিত সব চরেতে স্তম্ভিতা ।
কম্পিত স্থাবর সমূহেতে কম্পান্বিতা ॥
পাখীর অস্ফুত রবে গদগদান্বিতা ।
গলিত পাষাণে বন স্বেদ সুবলিতা ॥
উদ্‌গত অঙ্কুরে অঙ্গে পুলক উদিত ।
প্রণয় বিবশা সখীসম বিরাজিত ।.৪৪

---

মুংঙাইহল্লে, পুন্নমকন্তা ।।৩৯
বংশী ধ্বনি তেনছুনা, রমণীদা থারে অহুম্না,
নিপাদস্থু রাহল্লে, অহুম্না ।
মিং চৎপা কৃষ্ণচন্দ্রনি, অশেংবা কাম মূর্ত্তিনি,
করিছু নত্তে ওইথোক্কবনা । ৪০
চিংদোম্না ওইরে ঈশিংবু, তাদনা বেণু ধ্বনিবু,
লোক ওইনা ঈশিং চেন্থরে ।
শা উচেক্না খৌরাংদনা, ঈশিং থকপ চৎলি চেন্না,
কমজিল্লে, থকপা ঙমদরে ।।৪১
পুখ্রিনচিংবগী ঈশিংদো, কমজিল্লে পুন্নমক্তো,
মুংগা মান্নরে বংশী মখোন্না ।
হংস হংসীনা অপান্বা, চৎপা ঙমদ্রে থম্মোচাবা,
খোঙদা রোংহিংনা পুনবগুম্না ।।৪২
মুংশিং লোংদবা ওইরে. লৈশিংগী মথক্তা লৈরে,
লৈ ওইনা নোকই বৃন্দাবন্না ।
হাইজরি যদুনন্দন্না, ভপথগনি করন্না,
শকপবু তৌরি শ্রীকৃষ্ণনা ॥

( ঋতু তরুক্কী ফজবা বন য়েংবা )

মাতুদা অনিগী মাংদা বৃন্দাদেবী লাকই ।
ঋতু তরুকনা তিনবা বন য়েংহললি ।।৪৩
লেপ্পা, নিকপা, ছিকপা, তুচুংবা, হুমাংবু ।
বনদা ফোংদোকই, সখীগী ধরমবু ॥
অচৎপা পুন্নমক্তা স্তম্ভ ভাবনা লেপ্লে ।
কম্প ভাবনা লেংদবা খিবিক্তা নিক্লে ॥
উচেকী মখোল থোক্কবদো অহিকপনি ।
মুংনা মহি চেলবদো, বনগী হুমাংনি ॥
ময়োন চোংবনা মশাদা তুচুংবা ফাওরে ।
প্রেম্না কোন্নবা সখীগা মান্নমা ঙাললে ।।৪৪

বাসন্তী বকুল আর পাটল মল্লিকা।
যুথী নীপ শিরীষ কেতকী সমধিকা ॥
জাতি পদ্ম নীলঝিণ্টি আদি পুষ্পগণ।
কুন্দ বন্ধুকাদি পুষ্পে বনের ভূষণ ॥
সকল ঋতুর সমুদয় পুষ্পগণ।
করিয়াছে কাননের বেশ বিরচন ॥৪৫
প্রফুল্ল মাধবীলতা রসালে যোজনা।
মল্লিকার লতা সব শিরীষে ঘটনা ॥
যুথী লতাগণ বেড়া কদম্ব তরুতে।
জাতি লতাবলী সপ্তপর্ণের অঙ্গেতে ॥
প্রফুল্ল অম্লান পালী লোধ্রায় মিলিত।
কুন্দেতে প্রিয়ঙ্গুলতা দেখ বিরাজিত ॥
তোমা দোঁহে পূজিবেক এই করি মন।
ফল পুষ্পে পূর্ণ হৈয়া আছে বৃন্দাবন ॥ ৪৬

কোকিলে ভ্রমরে মিলি চাষ পক্ষিগণে।
ধূম্রাটে ডাহুকে শিখি চাতকের সনে ॥
হংসে সারসে কীর টিটপক্ষি সঙ্গে।
তারই সহিতে হরিতাল পক্ষী রঙ্গে ॥
তোমা দোঁহাকার যশোগুণ গান করে।
দেখ কত প্রেমে সবে শবদ আচরে ॥৪৭
প্রত্যেক তরুর দেখ ভিন্ন ভিন্ন ডালে।
কিশলয় মুকুল কুসুম সমকালে।
একেতে হরিত পত্র অপরে পাণ্ডুর।
কাঁচা পাকা প্রায়পক্ক ফল সুপ্রচুর ॥৪৮
বৃন্দাবন সাজি ছয় ঋতুর সে ভায়।
মাধুর্য্যে বৈভবে তোমাদের সেবা চায় ॥
প্রণয়ের বশে নিজ সম্ভারাদি লৈয়া।
সাক্ষাৎ সেবন চাহে সখীপ্রায় হৈয়া ॥ ৪৯

উরি লৈ, বকুল, অম পাটল মাল্লিকা।
যুথী, নাপ, শিরীষ অথোইবা কেতকী ॥
জাতি, থম্বাল, নোংশারিকনাচংবা লৈ শাংলে।
কুন্দ, যিভুং লৈনা বনগী লৈতেং শুইরে ॥
ঋতু পুম্নমকী লৈগী মরুপ অয়াম্বা।
শাংলকপনা তৌরে বনগী লৈতে শেম্বা ॥৪৫
শাংলবা মাধবী লতানা হৈনৌদা য়েংলি।
মাল্লিকা মরিনা শিরীষকুশুমদা য়েংলি ॥
যুথী মরিনা কদম মপানদা য়েংলে।
জাতিগী মরিনা চোমগী মশাদা কারে ॥
শাংলবা অম্লান পরেংনা নোংশরিকা পুল্লে।
কুন্দদা য়েংউ শ্যামলতানা কয়া ভাল্লে ॥
নখোই অনিবু পুজা তৌগে থল্লদনা।
মহৈ মপাল থল্লা লাংজরে বৃন্দাবন্না ॥৪৬

কোকিল খোইমু সনা উচেক তিন্নদনা।
চরোই, উরেংকোংথৌ, রাহোং, নোংগোবী পুম্না ॥
কাংগু, রাইমু, তেনবা, সেম্বাং লোইননা।
সোঙাইরবা, হরিতাল পক্ষি হরাওনা ॥
শকলি নখোই অনিগী মিংচৎ গুণবু।
য়েংবিয়ু, পুম্নমকনা তৌরি মুংশিনা খোংববু ॥৪৭
উ পুম্নমকী তোঙালবা মশাদা য়েংবিরো।
মতম মাম্মনা মনা য়েন্নিং হুল্লে, লৈ শাংলে ॥
অমদনা মনা শংলে অমদনা ঙৌরে।
অশংবা অমুনবা মুনবা মানবা য়াওরে ॥৪৮
ঋতু তরুকী লৈতেংদা বৃন্দাবন্না শেম্নে।
নিংথীবদা গুণদা নখোইগী সেবা পাম্নে ॥
প্রেম্না পুন্নদনা মাগী পোৎলম পুরদনা।
মাংদা সেবা পামই সখীগী মতৌ ওইনা ॥৪৯

তোমরা আইল ঘরে জানি বৃন্দাবন।
বস্ত্র উড়াইয়া নাচে আনন্দিত মন ॥
ফুলের পরাগ উড়ে সেই পট্টবাস।
বায়ুবেগে লতা বৃক্ষে নৃত্য পরকাশ ॥ ৫০

( বৃন্দাবনের পূজন )

পথে বিছাইয়া নানা ফুলরূপ বাসে।
তাতে পদ দিয়া দোহে চলিবা এ আছে ।.৫১
দোঁহু মুখচন্দ্রে শশিমণির বেদিকা।
দ্রবিয়াছে সেই জল পাদ্য সমধিকা ॥
দুর্ব্বার অঙ্কুরে পদ্মে অপরাজিতায়।
তাহা মিলাইয়া পাদ্য দিতেছে দোহায় ॥৫২
পুষ্প দুর্ব্বা অঙ্কুরাদ্যে অর্ঘ সমর্পন।
জাতিফল লবঙ্গ কোলিজলে আচমন ॥
তীরস্থিত বৃক্ষ হোতে তাই নিপতিত।

নখোই য়ুমদা লাক্লে থংদনা বৃন্দাবন্না।
ফী হাইদনা জগোই শারি মুংঙাইদনা ॥
লৈগী লৈরিক পাইরিবা অসিনা ফীনি।
উরি উপালদা হাইবসি জগোইনি ॥৫০

( বৃন্দাবনগী পূজা )

লম্বিদা থারে, লৈগী মশক্ন! ফী ওইনা।
মাহুদা পাদ থাদনা লেংবা পামদনা। ৫১
মায়থোং থা অনিদা চন্দ্রমনি বেদীনা।
মহি চেন্নে, অসিনা পাদ্য জল ওইনা ॥
তিংথৌ মরোল, থম্বাল, অপরাজিতানা।
অনিমক্তা পাদ্য পিরে, তিনশিন্নদনা ॥৫২
লৈ, তিংথৌ, মরোমনা অর্ঘ্য কৎপা ওইনা।
জায়ফল লবঙ্গ থড়ইনচিংবনা।
আচমন শেম্নে, ঈশিংদা তারকপনা ॥

জাতি ফলাদিক জলে স্বতঃ সুমিলিত ॥৫৩
পুষ্প মকরন্দে মধুপর্ক বিরচিল।
বৃক্ষ সব তাহা দুঁহু আগে সমর্পিল ॥
শীতল সুগন্ধ বহু জল কণাযুত।
সমীরনে স্নানীয় প্রদান মনঃপূত ॥ ৫৪
দুহু অঙ্গ জিনি মণি রতন মুকুর।
তাহে পুষ্প পত্রাদির প্রতিবিম্ব পূর ॥
সেইতো অপূর্ব্ব চিত্রাংশুক মনোমান।
স্নান করাইয়া তাহে বসন প্রদান ॥৫৫
চন্দন অগুরু আর কুঙ্কুম কস্তুরী।
সম্মিলিত সমীরনে সেই গন্ধ ধরি ॥
পুষ্পের পরাগরূপ চর্চ্চা সুমোহন।
পবনের দ্বারা করে দোহাঙ্গে লেপন ॥৫৬
বকুলে গুচ্ছার্দ্ধ একাবলী মল্লিকায়।

ঈশিংদা মশানা তিন্নি জায়ফলনচিংবনা ।৫৩
শিস্থরকপা লৈহিনা সন্দেশ শেমলে।
লৈপালশিংনা অনিগী মাংদা কৎলে ॥
ইংনা মনম মুংশিবা ঈশিং মরিকপু।
মুংশিংনা কৎলরে চায়থনবা জলবু ॥৫৪
হকচাং অনিনা মণিগী মিংশেন হেন্নে।
মাহুদা লৈ মনানচিংবগী মমি তারে ॥
মমিসিনা মচু ময়ামগী ফী ওইরে।
চায়থহল্লগা ফীবু মাহুদা কৎলরে ॥৫৫
অগুরুনা কুঙ্কুম কস্তুরী চন্দননা।
তিল্লবা মনম অত্থু মুংশিংনা পুহনা ॥
লৈরিক্কী মশক অতকপা চন্দননা।
অনিমক্কী হকচাংদা তৈরে, মুংশিংনা ॥৫৬
বকুলনা গুচ্ছার্দ্ধ, মাল্লিকানা একাবলী ।*

* গুচ্ছার্দ্ধ, একাবলী, লিকী মমিংনি।

করিল গোস্তন হার যূথিকা দ্বারায়।
কর্ণ অবতংশ কৈল মালতীর ফুল ॥
অম্লানে গর্ভক কুন্দে কিঙ্কিনী অতুল ।৫৭
নানা অলঙ্কার ফুলে পল্লবে রচিয়া।
তুলসী মঞ্জরী দল কুসুমাদি দিয়া ॥
দিব্যমালা দিল বহুতর মনোহর।
যাহে বিরাজিত গন্ধ মাধুরী বিস্তর ॥৫৮
ধূপ দিল সৌরভে ভ্রমিত অলিকুলে।
দীপদান প্রফুল্লিত চম্পকের ফুলে ॥
মিষ্টফল সমুহে নৈবেদ্য নিবেদন।
এইরূপে দোহে বৃন্দাবনের পূজন ॥৫৯
অপূর্ব্ব কর্পূর এই রম্ভা গর্ভে স্থিত।
লবঙ্গ এলাচি আদি বৃক্ষে উপজাত ॥
অহীলতা পর্ণ আর গুবাক সহিতে।
অপূর্ব্ব তাম্বুল দিল দোহার পিরীতে ॥৬০
খসি পড়ে সেফালিকা বকুলাদি করি।
পুষ্পবৃষ্টি করে এই দোহার উপরি ॥
সারী শুক শব্দছলে জয়ধ্বনি করে।
মহা সুখে পুষ্পাঞ্জলি প্রদান আচরে ॥৬১
চাঁপার শাখার অগ্রে তাহার কলিকা।
দীপ এই সুশোভিত উজ্জ্বল অধিকা ॥
অনিল চালনে শাখা দোলয় তাহার।
আরতি করয় এইরূপে দোহাকার ॥
পক্ষি শব্দে বাদ্য অলি গুঞ্জনেতে গান।
করিয়া করয়ে নিরাজন সমাধান ॥৬২
ফুলে ফলে পূর্ণ দেখ বৃক্ষ শাখাগণ।
উঠায় নামায় তাহা অনিলে সঘন ॥
এই ছলে বৃন্দাবন তোমা দোহাকারে।

যূথিকাসিনা গোস্তন হারবু শেমলে ॥
মালতীনা, নাচোম কুন্দনা খাওশরিক।
অম্লান কুসুমশ্রা শেমলে শমজিহুক। ৫৭
অয়াম্বা লৈতেং লৈনা মনানা শেম্লদনা।
তুলসী মঞ্জরী, মমানা লৈনচিংবনা ॥
য়াম্না পুক্নিং হুবা নিংথীবা মালাবু কৎলে।
মাহুদা পুক্নিং হুবা মনমনা ভাললে ॥৫৮
মনম্না ধূপ কৎলে, লৈরিবা খোইমুনা।
দীপদান ওইরে অশাংপা লৈহাওনা ॥
থুমলবা উহৈ খিবিক্লা নৈবেদ্য কৎচরি।
অসুম্না অনিবু বৃন্দাবন্না পূজা তৌরি ॥৫৯
লফুথরো অসিনা কর্পূর ওইরগা।
মউদা পাল্লিবা লবঙ্গগা এলাচিগা ॥
পানমনাগে অমদি যাগে লোইননা।
তাম্বুল কৎলি, পেনবিনবা অনিনা ॥৬০
কেল্লিবা সেফালিকা বকুলনচিংবনা।
অনিগী থক্তা লৈ চায়থবনি অসিনা ॥
সারীশুকনা খোংবনা জয়ধ্বনি তৌরি।
খোইথোক্লা মুংভাইনা পুষ্পাঞ্জলি কৎলি ॥৬১
লৈহাওগী মশাদা মতোন্দা অপোম্বনা।
দীপ অসিনা নিংথীরে, ভাল্লে, খোইদোক্লা ॥
মুংশিং শিম্বনা মহাক্কী মশা হাইবনা।
অনিমক্কী আরতি তৌরে. অসুম তৌনা ॥
উচেক খোংবনা পুং খোই ভবেনা ইশৈবু।
শক্লদনা তৌরে, আরতিগী লোইববু ॥৬২
য়েংউ, উশাশিংসি মহৈ মপালনা থল্লে।
মুংশিংনা তোয়না নমথরে হাইগৎলে ॥
নখোই অনিদা অসুম্না শ্রীবৃন্দাবন্না।

অগণিত দণ্ডবত পরণাম করে ॥ ৬৩
বিহঙ্গের ধ্বনিছলে করয় স্তবন ।
ভ্রমর ঝঙ্কৃতি ছলে বাদ্যের বাদন ॥
কোকিলের ধ্বনি ছলে গান আচরন ।
শুক সারী কথা ছলে বিজ্ঞপ্তিক মন ॥
ময়ূরের নৃত্য ছলে নৃত্য বিস্তারয় ।
এইরূপ বৃন্দাবনে সেবা আচরয় ॥৪৬
চক্রানিলে চারু ছত্রাকারে উত্থাপিত ।
পরাগ নিকরে ছত্র ধরে সুরচিত ।
পুষ্পমধু কণাগণ তাহাতে স্রবয় ।
শীতল সুগন্ধি শ্রমহর ছায়াময় ॥ ৬৫
লতার চমরী আর রম্ভাপত্র গণে ।
বীজন করয়ে সুখে বায়ু সঞ্চালনে ॥ ৬৬
দেখ কৃষ্ণ মন্দবায় তন্তুবায় হৈয়া ।
বুনে চন্দ্রাতপ অলি মাকু চালাইয়া ॥
পুষ্পের পরাগরূপ নানাবর্ণ বাসে ।
উত্তাপ বারক চন্দ্রাতপ পরকাশে ॥ ৬৭

( বসন্তঋতুর বন দর্শন )

ঈশ্বর ঈশ্বরী দেখ অগ্র বনভাগ ।
বসন্ত কান্তাখ্য বন প্রকাশিছে রাগ ॥
তোমাদের সেবা লাগি মহোৎসুক হৈয়া ।
আছে ঋতুরাজ নিজ বৈভব লইয়া । ৬৮
স্বমাধুরী দর্শনোত্থ বনের মাধুরী ।
নিরখি পরম সুখী হইলেন হরি ॥
সে মহা মাধুরী তবে মহাসুখ পাঞা ।
বর্ণেন দয়িতা শ্রীরাধারে শুনাইয়া ॥ ৬৯
দেখ কুন্দদন্তি ! অলি কুন্দমধু পিয়া ।
এবে তার প্রতি মন্দ আদর হইয়া ॥

---

দণ্ডবত প্রনাম তৌরি মশিং নাইদনা । ৬৩
উচেক খোংবা শারদনা স্তুতি তৌজরি ।
খোইমুনা ভংবা শারদনা পুং য়ৈজরি ॥
কোকিলগী খোল্লেল ওইনা ইশৈ শক্লে ।
শুকসারিগী ৱা ওইনা প্রার্থনা তৌরে ॥
ৱাহোংগী জগোই ওইনা জগোই শারে ।
মশক অসুম্না বৃন্দাবন্না সেবা তৌরে ॥৬৪
নোংলৈনা ছত্রগী মওং ওইনা পুখত্তুনা ।
ছত্র থাজখবু শেমলে, লৈরিক্কী মপেনা ॥
লৈগী অমৃত লৈরিক মাচুদা চুথরে ।
অরাবা কোকপা ছায়ানি ইংনা নুংশিরে ।৬৫
উরীগী চামর লফুলাগী হুমাইনা ।
হুরবু তৌরে, নুংশিৎ শিংদনা নুংঙাইনা । ৬৬
য়েংউ কৃষ্ণ ! নুংশিৎনা ফীশাবা ওইদনা ।
থাগল শারে, খোইমু পাওজেল হুন্দনা ॥
লৈগী লৈরিক্কা মচু অয়াম্বা কী ওইনা ।
ঙালে, অশাবা ঙাকবা থাগল অসিনা ॥৬৭

( বসন্ত ঋতুগী বন য়েংবা )

হে ইবুঙো ইবেম্ম য়েংসি মাংদা বনবু ।
বসন্ত কান্ত কৌবা বন্না ফোংলে রাগবু ॥
নখোইগী সেবাগীদমক হৌরাওনা ।
বসন্তনা লৈরে, মাগী বৈভব পুন্দনা ॥৬৮
মাগী ফজবা উবনা বন নিংথীববু ।
উদনা কৃষ্ণনা ওইরে, নুংঙাইববু ॥
য়াম্না ফজবত্না নুংঙাইবা কংদনা ।
হাইরকই, চান্নবী রাধা তাহন্দনা ॥৬৯
য়েংউ রাধে ! কুন্দগী মধু থক্লগা খোইমুনা ।
হৌজিক্তি কুন্দদা খৌওইবিদরনা ॥

মাকন্দ মুকুলে মধুপান করিবারে।
কুন্দ ছাড়ি চলয়াছে রসাল উপরে ॥ ৭০
হে কোকিলকণ্ঠি! দেখ কোকিল কোকিলা।
মৌনব্রত ত্যাগ করে হইয়া উতলা ॥
কষায়ে শোধিতে কণ্ঠ চলিল রসালে।
গাইতে পঞ্চম গীতি মনো কুতূহলে ॥ ৭১
ফুল্ল হেমযূথি মাধব্যাদি আলিঙ্গিত।
প্রফুল্ল চম্পকাবলী বনে বিলসিত ॥
প্রফুল্ল বকুল চূত তমাল পুন্নাগ।
হাসয়ে তিলক তরুযুত বনভাগ ॥
হর্ষিতা লতিকাগণ তরু আলিঙ্গিয়া।
সম্মুখে শোভিত প্রিয়ে দেখ নিরখিয়া ॥৭২
নব মল্লীলতা আছে পুন্নাগে বেড়িয়া।
লবঙ্গ আছয়ে বকুলেতে জড়াইয়া ॥

গুঞ্জালতা বিতিতিতে কোবিদার ততি।
কেতকী চম্পকে বেড়া দেখহ সুদতি ॥
হেমযূথী বেড়িয়াছে দেখহ অশোকে।
দেখ বিধুমুখী ঘেরা পাটলী কিংশুকে ॥
আরো দেখ জড়িত বাসন্তী রসালেতে।
কেশর বেষ্টিত শ্বেত শতপত্রিকাতে ॥৭৩
অতিমুক্তএই শব্দে তিন বস্তু কয়।
তিন অতিমুক্তই এ বনে বিরাজয় ॥
প্রথম 'রথের তরু' দেখ অগণন।
তাই রথ নির্ম্মাতার প্রিয় এই বন ॥
দ্বিতীয় 'মাধবী লতা' তাও বহু রয়।
তাই মালাকার মনোলোভা অতিশয় ॥
'প্রাপ্ত মোক্ষ' তৃতীয় তাদেরো এথা স্থিত।
অতএব মুমুক্ষু জনেরো প্রিয় অতি ॥ ৭৪

---

অমৃত থকদবী হৈনৌ ময়োনদা ।
কুন্দ থাদোক্তনা চংখ্রে, হৈনৌ মথক্তা ।৭০
হে কোকিল কণ্ঠি কোকিল লাব অমোয়া।
মৌনব্রত থাদোনবা থোয়াং তৌরদনা ॥
হৈনৌদা চংখ্রে অককপনা চরণ শেংবা ।
পুক্লিং হয়াওনা পঞ্চম গীত শকবা । ৭১
স্বর্ণ যুথিকানা মাধবীগা কোননরে।
লৈহাও অশাংপা পরে-না বন্দা ঙাললে ॥
শাংলবা বকুল, হৈনৌ, তমাল, কেশরনা।
নোকলে, বন্দা লৈরিবা তিলক বৃক্ষনা ॥
উবু কোনশিন্নবনা উয়িনা নোকলে ।
প্রিয়ে! মুন্না য়েংউ, মাংদা নিংথীজরে ।।৭২
মাল্লিকানা লৈবা নাগেশ্বরনা য়েংতনা।
লবঙ্গনা লৈরিবা বকুলদা য়েক্তনা ॥

গুঞ্জামালানা চিংহাওদা য়েংশিললিবা।
য়েংউ, রাধে কেতকীনা লৈহাংদা ঙাশিল্লবা ॥
য়েংউ, স্বর্ণযুথীনা য়েংলে থারম লৈশোক্তো।
য়েংউ, বিধুমুখি! পাটলীনা নাউইদোংদা ॥
অমগা য়েংউ হৈনৌদা য়েংলি, বাসন্তীনা।
লৈরিকপু কোই, অঙৌবা থম্ব'লৈনানা ।।৭৩
অতিমুক্ত শব্দনা পোং অহুম হাইরি।
অতিমুক্ত অহুম বন অসিদা ঙাললি ॥
য়েংউ, অহানবা "তিনিশ" বৃক্ষ যামলে।
অদুনা রথ শাবনা বনসি পামলে।।
অনিশুবা "মাধবীলতা"সু হৌরি যাম্না।
মরম অদুনা লৈ লেংবনা পামলে যাম্না ॥
অহুমশুবা "মোক্ষফংব"গী লৈকমনি ।
মরম অসিমা লাম্নিংবনা পাম্নিবনি । ৭৪

মদন শরের এই উৎপাদন স্থান।
লতা বৃক্ষ তার কারুকর বিদ্যমান॥
ভৃঙ্গগণ পরীক্ষক বুলে প্রতি ফুলে।
পরীক্ষিয়া ভাল মন্দ ধ্বনি ছলে বলে॥ ৭৫
দেখ ভৃঙ্গী ভৃঙ্গ দুই বৈসে দুই ফুলে।
ভ্রমরীর প্রতিবিম্ব পড়ে ভৃঙ্গ কোলে॥
নিজ প্রতিবিম্বে ভৃঙ্গী অন্য ভৃঙ্গী জানে।
তৃষ্ণায় না পিয়ে মধু রোষ করি মনে॥৭৬
দেখহ কমলমুখি! মোচা নবোদ্গমা।
মধুছলে বাষ্প বর্ষে হেরি তোমা আমা॥
হাসে নব ফলরূপ দন্ত আবরিয়া।
দলরূপ ওষ্ঠাধরে সঙ্কুচিত হৈয়া॥৭৭
ভৃঙ্গীগণ সহ ভৃঙ্গ মণ্ডলী বাঁধিয়া।
লতার উপরে হল্লিসক আরম্ভিয়া॥
রঙ্গীভৃঙ্গ প্রিয়তমা ভৃঙ্গীরে লইয়া।
পদ্মবনে গমন করিল লুকাইয়া॥৭৮

( গ্রীষ্মঋতুর বন দর্শন )

তদগ্রে প্রিয়াটবী দেখি হর্ষ মনে।
বর্ণন করেন বটু হসিত বদনে॥ ৭৯
দেখ ব্রজ বনাধীশ রাধা দামোদর।
নিদাঘ ঋতুর বন অতি মনোহর॥
তোমা দোহে দেখি বন উৎসুক হইয়া।
সেবার কারণে শোভা সামগ্রী লইয়া॥ ৮০
টিটি পাখি ধ্বনি ছলে দুন্দুভি বাদয়।
ধূম্রাটক শব্দে ভেরী বাদ্য বিরচয়॥
ঝিল্লীর শবদ শুন ঝল্লরী সমান।
পিক পিকী ধ্বনি এই বিপঞ্চীর গান॥
চাষ পক্ষি শব্দছলে ডিণ্ডিম বাদন।

বনসিনা কামগী তেনগী পোককম্নি।
উরি উপালসিনা কামগী থুংহৈবনি॥
খোইমুনা, লৈ খুদিংদা চাংয়েংবা কোইরি।
য়েংলগা কৈ, ফত্তে, ধ্বনি ওইনা হাইরি॥৭৫
য়েংউ, লৈ অনিদা খোইমু অমোম, লাবনা।
তোংলে, লাবদা তারে, অমোমগী মমিনা॥
মমিদা অমোম্না মাগুম্বীনি খল্লদনা।
খোরাংনা অমৃত থক্ত্রে, পুক্নিং শাওদনা॥৭৬
য়েংউ, কমলমুখি! লফুথরো অনৌবনা।
নং, ঐ, উরগা মপি তারি অমৃত শাদনা॥
নোক্নি মহৈ অনৌবা মঙং য়া খঞ্জিন্দনা।
মনাগী মত্তৌ চিন্নান অনিনা কুপ্তনা॥৭৭
ভৃঙ্গভৃঙ্গী লোয়ননা মণ্ডলী শেমলদনা।
উরী মথক্তা কোইনা জগোই হৌদনা॥
ভৃঙ্গনা চান্নবী ভৃঙ্গী অম পুরদনা।
থম্বালগী বনদা চৎখ্রে লোৎলদনা॥৭৮

( গ্রীষ্ম ঋতুগী বন য়েংবা )

মাংদা মুংশিবা বন য়েংলগা হরাওনা।
বর্নন তৌই, মধুমঙ্গলনা নোক্তনা॥৭৯
য়েংবিয় রাধাদামোদর! বনগী মপু।
ওলাংথাগী বনগী পুক্নিংহুবা অসিবু॥
নখোই অনি উরগা য়াম্না হরাওদনা।
সেবাগীদমক নিংথীবা পোৎ পুরদনা॥৮০
উথুমনা খোংবা ওইনা দুন্দুভি য়ৈরে।
চরোইগী খোঞ্জেলনা ভেরি ওইরে॥
ঝরীগা মান্নরে, হরিনিংনাংগী শব্দনা।
বীনানি কোকিল লাবা অমোমগী খোলনা॥
সনা উচেকী মখোলনা ডম্বরু খোংলে।

শারীগণ বাক্যে বন করয়ে স্তবন ॥
ভৃঙ্গ ধ্বনিছলে গায় নাচে লতা ছলে।
তোমা দোহে দেখি বন অতি কুতূহলে ॥ ৮১
পাটলীর পুষ্পে নব বসন ধরিল।
শিরীষ কুসুমে অবতংশ বিরচিল ॥
মল্লিকার ফুলে কৈল অঙ্গ আভরণ।
এ সবে নিদাঘ ঋতু করিবে সেবন ॥
পক্ব পিলু ধাত্রী খিরা দারিম্বাদি করি।
পক্বাম্র পনস বিল্ব তাল বীজ ধরি ॥
তোমা দোহে দিবে বন ভক্ষণ লাগিযা।
বড়ই আনন্দ মোর হয়েছে হেরিয়া ॥৮৩
সূর্য্যমণিময় ভূমি রবির কিরণে।
অতি উষ্ণ তাতে তোমাদের কষ্ট মেনে ॥
দেখ বৃক্ষ লতা দিয়া আচ্ছাদন কৈল।
পল্লবেতে বায়ু চালি ব্যজনারম্ভিল ॥ ৮৪
দেখ নিজাত্মজগণে কদলীর বন।
পত্রহস্ত দ্বারা যেন করিছে লালন ॥
মোচা স্তন স্রবিতেছে স্নেহের কারণে।
আর অদ্ভুত দেখ রসালের বনে। ৮৫
দীর্ঘ নাসা সম পক্ব অগ্রে চঞ্চু দিয়া।
রহে পিক সখীসব দেখিসে চাদিয়া ॥
তাহাতে রাধিকা লাজে বিনম্র বদন।
দেখ কৃষ্ণ। তোমার প্রিযার আচরন ॥ ৮৬
এই মনোহর ক্ষুদ্র সরোবর পাশে।
তমালে মল্লিকা ততি বেড়িল উল্লাসে ॥
কুসুমে হসিতানন তমালের তরু।
লোল অলিমালা ছলে চালে চারু ভুরু ॥
দেখ কৃষ্ণ যেন তুমি গোপীগণ লৈযা।

---

শারীগী রাহৈনা বননা লৈসি লৈখোরে ॥
খোইমুনা শক্রে, উরীনা জগোই শারে।
নখোই অনিবু উবদা বম্না হরাওরে। ৮১
ফুরা খোংদোং লৈনা ফী অহলবা ওইরে।
শিরীষ কুসুম্না ন'চোম ওইনা শেমলে ॥
মাল্লিকাগী লৈ অসিন অঙ্গ আভরনি।
হৌজিক্তি গ্রীষ্ম ঋতুনা সেবা তৌরগনি ॥৮২
মুন্নবা পিলু, হৈগ্রু, খবী, কবোইনচিংবা।
হৈনৌ, থৈবোং, হৈথাগোক, কোনামহৈ, মুন্নবা ॥
নখোই অনি চানবা কংকদৌরি, বম্না।
ঐগী যাম্না নুঙাইবা ওইরে উদনা ॥৮৩
সূর্য্যমণিগুম্বা লমনি, নুমিৎকী মৈশানা।
যাম্না শাই, ম'ছুদা রাগনি, হায়ভুনা ॥
য়েংবিয়ু, বৃক্ষলতা অসিনা কুপশিল্লে।
নুংশিংনা উনা হাইদনা ভমাই, হুয়ে ৮৪
য়েংউ, মচাশিং অসিবু লফুগী বননা।
নানবিরি, মনানা মখুৎ ওইরদনা।
থরোনা অমৃত সিঙ্গরে মুংশিকদদা।
ওম্মোকপা অমা য়েংউ, হৈনৌগী বনদা। ৮৫
নাতোল অশাংবগুম্বা মুন্নবা হৈনৌদা।
কোকিলনা তুরি, সখীনা নোক্কি উবদা ॥
মাহুদা রাধানা ইকাইদনা লু-লুক্কে।
য়েংউ কৃষ্ণ। নহাকী প্রিয়াগী মচৎসে। ৮৬
পুক্কিং ছরবা পুখ্রিমচাগী মনাকতা।
মাল্লিকানা হরাওনা য়েংলে তমালদা ॥
তমাল বৃক্ষগী নোকপা ওইরে লৈনা।
পিতুম নিক্রে, তরাংবা খোইম্নু পরেংনা ॥
য়েংউ, কৃষ্ণ নহাক্না গোপীশিং পুরদনা।

